# পান্নুইদকো পান্নুবা

অইবা :

শ্রীমুজাম ধাকেশ্বর সিংহ

এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল

জি, পি, প্রকাশন : ইম্ফাল

ফোংদোকপা : য়ুম্নাম ওংবী
শ্রীমতি থোকচোম পিশক দেবী
এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল।

অহানবা থুংনম—১৯৮০ (ডিসেম্বর)
কপী—১১০০



মমল— লুপা ৪'০০
লুপা ৬'০০ (পক্কা বাইণ্ডিং)

নম্নম : ভাগ্যবতী কার্য্যালায়া চূড়াচান্দ প্রিন্টিং বার্কস, ইম্ফাল।

# MESSAGE



**P. ACHOU SINGH (MLA)**
**GOVT. CHIEF WHIP,**
***MANIPUR***

**Phone Imphal No. 1022**

*Imphal, the 26th Dec. '80*

শ্রীধাকেশ্বর সিংহ

অদোমগী অনৌবা শৈরেং লাইরিক "পাম্মুইদকো পাম্মুবা" হায়বা অত্ন ডিসেম্বর, ১৯৮০ ইংগী মমুংদা পুথোক্লনি হায়বসি তাবদা য়াম্না নুংঙাইনিংঙাইনি। মসিনা মপুঙ ফাগ্রিবা 'মণিপুরী সাহিত্য' বু খরদা ওইরবস্থু চাওখৎপগী লম্বীদা মতেং পাংলগনি হায়না থাজে।

অদোমগী হোংনবা কন্না অমদি নহা ওইনা সাহিত্যদা পূক্নিং চঙবা অত্নবু ঐনা থাগৎচনিংই। অচিন্না থবক কয়াগী মরক্তা মতম থর কায়খোক্তুনা, অসিগুম্বা লাইরিক পুথোক্লকপা অসি অতাংবনি। মতুংদস্থু লাইরিক কয়া ইরকগনি হায়না অদোমগী মফমদগী ঐনা থাজবা পোকই।

**শ্রীপাওনম অচৌ সিংহ**

# বাহৈ খরদং

যুম্নাম ধাকেশ্বর সিংহনা ইবা 'পাম্মুইদকো পাম্মুবা" কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অসি পাজরুংদা ঐহাক্কী থম্মোয়দা থোইদোক হেন্দোক্লা নুংঙাইবা অমা ফাওজবগা লোয়নননা অইবগী কলমদগী থোক্লকপা বাহৈ বাতাশিং অসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা তিনবদা থোইনা হেন্না চাওখৎ খোংথাং কয়া পুবকপদা থোইদোক্ল নোপ্লবোই হায়না নিংজ। অইবগী কবিতাশিং অসিদা হৌজিক হৌজিক্কী মণিপুর সমাজদা ঙইবিবা নমদি পোক্লিবা থেংদোক বাখোক্ কয়াবু ময়েক শেংনা তাহন্দুনা উংলি। যুম্নাম ধাক্কেশ্বর, মণিপুরগী সাহিত্যগী জগৎতা অনৌবা লমাংবাশিংগী মনুংদা অমনি হায়বদা থোইদোক্লা নোপথ্রবা মীশকনি হায়জনিংই। অইবগী কলমদগী ব্রাবী মচা কয়া, উপন্যাস কয়া, ড্রামা কয়া ; শৈরেংগী লাইরিক কয়া অমত্থু লমাংথক্তা ঐহাক্লা পাজপ্রে। অসিদসু নত্তনা রেডিওগী লোংথা লিলা মচা কয়া অমসু লান্থোকপিরকখিবা ঐহাক্লা দয়াবক হন্না তাজপ্রে। লাইরিকশিংগী বাহৈ বাতা অমাম্বা চন্ই, মেংই খোংলি তাদা নমদি পাবদা নুংঙাই, হন্না হন্না তানিংবগী। অমদি পানিংবনী নহাও তত্তনা পাব্রিবা মীশিংদা পোকহল্লি। ঙসিগী সমাজ অসিবু অইবা মশামক্লা ময়েক শেংনা উংপা পামজবগী শক্তক বয়ামক্কম অইবগী লাইরিকশিংদা অচৌবা মমি তাই। তশেংনমক মশাগক অসি মণিপুর সাহিত্যদা থবায় হকচাং কখোক্লবা মীশক্নি হায়বদ।

থোইদোক্লা হায়মনবা থোক্লোই নিংই। অইবনা থোইদোক হেন্দোক্লা অৱা অনা, অমদি মুংশি মুংওন অমমুং ঙসিগী ওইরিবা সমাজগী ফিভমবু ইবনা থরা হেন্না পামজৈ হায়বসি অইবগী লাইরিকশিং পাবগী উব' ফংই। অইবগী "লায়রবা কনানো", "লুহোংব্রিবী মৌ", "কুমজরেম্বী", "চন্দ্রশাখ", "তৎপ্রবা লিক্লাং" (শৈরেং); থোইদোক হেন্দোক্লা সমাজগী মমি তারবা, অৱা মুংঙাই পুন্সিগী মশক তাকপা দ্রামা কয়া, উপন্যাস কয়া, শৈরেংগী লাইরিক কয়া মীয়াম্না থংনরবা ঙাক্তনি।

অসিদসু নত্তনা রেডিওগী দ্রামা মচা কয়া, "করম্বগী বীচারনো", "অঙাওবগীসু থম্মোয় পাল্লি", "মংলানগী লাংদিবা", ' লৈমন চনপ্রবী চেগী লৈয়াং ', ' জগোয় খুথেক অমা" থোইদোক্লা মীয়াম্না পান্নরবা অইবগী লিলা মচা ঙাক্তনি। মতাং অসিদা ঐহাক্লা চাওথোক্লা হায়জনি'ই, মতুদি অইবা মশামক অসি অৱা মুংঙাই, মুংশি মুংওনগী রস কয়া অসিগী লাইরিক কয়া ইবদা থোইদোক হেন্দোক্লা মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা প্রতিভা লৈজে। মসিমক অইবগী গুন অমনি।

"পাম্মুইদকো পাম্মুবা" শৈরেংগী লাইরিক অসিদা তোঙান তোঙানবা কবিতা কয়ামরুমদা তাইবঙপানবগী পুন্সিগী অৱা মুংঙাই, মুংশি মুংওনগী ঈথক ঈপোম, অমদি মৈতৈ সমাজগী ফিভম কয়াবু মমেক শেংনা ইবা থেংন। ঐহাক্লা মসিদা অমুক্কা হেন্না মুংঙায়জবদি অইবগী পাক শন্নবা কল্পনাগী শক্তি কয়া শিজিন্নদুনা তাইবংপানবগী পুন্সিগী মশকপু মথিক চুম্না ইদুনা ফোংদোক্লিবা অসিতনি। ইরিবা শৈরেংগী মও'.

অপাবক্লিংদা ছন্দ নাইনা পাবা য়াহ্নবগা লোয়ননা অর্থ য়াম্না চেলহল্লি। অম্মুম্না অইবনা অহানবমক্তদা ফোংদোকপা থেংনৈ।

"চংলবস্থ কোইচং, য়েংলবস্থ কোইয়েং।
থেংনদে উদে কদায়দস্থ
নওঙ্গুবী ইমা পোক্লকম!
নচা চামাগী মমানি
মৈতৈ সনা লৈবাক্তি
পুকফবী।"

অতোপ্পা শৈরে মচা কয়াদা অচম্বা বাহৈ বাতা ভাক্তা শিজিন্নদুনা তাইবঙপানবগী অৱাবা, মুংভাইবা, ফজবা, অথিবা কথাবু কবিক চুয়া পন্দুনা ইবি। "পাম্মুইদকো পাম্মুবা" শৈরেং মচা কয়াগী অপুনবা শক্তম্নি। শৈরেং পুম্নমক্তা তোঙান তোঙানবা অর্থ ফোংদোক্নুনা ইরবস্থ মরি লৈনবা অর্থ ফোঙদোকৃই। পাংগী শেনবা নাইদে, অমগী মথদা অমা পানিংবগী ময়াই চেলহল্লি—

"চীংজিন অনি লৈরম্বী—
তোরৈ অমা মশেম্বী— !
ইচেল য়াংনা চেম্বরকই—
চীঙয়াং কয়া ফাওরকই
তম্পাক তয়া মরাকই!"

অতোপ্পা শৈরেং অমদনা অম্মুম্না অমুক ইরি:—

"শংবাররগা শঙ্গাবুংগী মচিদ
তত্তনা চিংকেংনরিবা কাওরেন চাশিং—
ময়ায় চবুক শঙ্গাবুংতুগী—
করম্বা কান্দা খোক্লগদবা ??
কেংলিনে হৌজিকসু লেপ্তুনা,
খুমাং খুতুং খোরো খোং !!
অমুকসু চোংথংলি বাংনা,
খোংলি হৌনা মো! মো!"

মসুম্না অইবগী কবিতা কয়ামকমশিং অসিগী তোপ-তোপ্না মঙাও কান্না অপাম্বশিংদা পুংঙাইহনবতা নত্তনা অইবগী মগুণবু হেন্না হেন্না পাকৃহল্লি।

আরোইবদা অইববু পঙ্গলিংবদি মহাক মশামক ইঞ্জিনিয়ারগী থবক তৌজরবা নাঙ্গা অরেপ্পা লৈতনা মণিপুর সাহিত্যবু চাওখৎহনবা হোৎনবদা অকনবা শাফু কয়াগা লোয়নননা অনৌবা লাইহিক কয়া অমদি শৈরেং কয়া ইবিদুনা মণিপুরগী সাহিত্যদা অচৌবা ইনাং কয়া পীবিদুনা অৱাবা শকক কয়া মায়োক্লরিবা অনিসক মীয়াম্না অইবগী মকম্গা শিংডমদ্রবা লমন তোনশিল্লবনি।

ঐনা থাজজে মতদি অইবা মশানক্তগী মতুংদসু হেন্না মমল য়াম্লবা মণিপুর সাহিত্যগী ওইবা লাইহিক কয়া দ্রামা কয়াসু থোক্লকথিগনি। লোয়নননা খোক্লকপদসু ঈশ্বরনা তেংবাঙবীবা ওইসনু।

এল, অশোককুমার সিংহ
মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী, ইম্ফাল
তাং ২৮।১২।৮০ ইং

# ৱামাঙ য়ানৃজবা

থায়না মমাংঙৈগী মমাংঙৈদা, মতম'মগী ওইরম্বা ফিভম্‌গা হৌজিক্কী ওইরক্লিবা চৎনরোল কয়া'সিগী থোঙথাংগা অম্‌ক্কী মতীক লাম্বা ফংদবা মথৈ থেম্নবগুম্না উরে। মসি চাউথৎপা হায়বতুরা নত্রগা মাঙখরকপরা হায়বত্রদি সমাজ'সিনা অতুম্মক খঙবীরগনি। মল্লবা ফুরা-দলান্‌ কয়ানা নিংথামম্নকপ'দুসু পুক্লিং হুনিংঙাইগী মশক্লি। সনাগী মচুনা কুপ্পবা দলান অতুভনা ফজবা নত্তে। মঙ্গকৃপগীসু ফজবা লৈরি। কি মোংপা অতুতনসু অমোংপা নত্তে। থম্মোই মাঙবা, ৱাখল ফত্তবা থম্বা লমচৎ নাইদবা অতুবুসু অমোংপনি হায়না হায়জনিংই। পুন্সি হায়ব'সিসু লোইখিনি থম্না থম্না লোইখিবা ঙাকৃনি। ইপা-ইপু অহল-লমন্‌শিংগী হাক্তক্তা চৎনরম্বা কয়া'মা নিংশিংবীবা য়াওদনা মচি'মদা তুমিন্না মাঙখিবগুম্‌ পুন্সিসু মাঙখিগনি থল্লুবদা থাংজম-দ্রবা ৱাখল'মগী চৈনাথোম্না তভনা তুংলমচৎকীদমক থম্মোয় 'মুংদা ইথিন্‌'মা পীরকই। মসিমকৃপু থাংজমদ্রত্নুনা ঙসিদি থজবা থর'দু ইথোক্লপা লাইখিক'মা ওইনা সমাজগী মাঙদা পুথোকচবনি।

হায়জনিংবা অমনা—"মৈতৈ শৈরেংনচিংবা" লেংবদা নোংচুপ্পোমগী হৌনবী, চৎনবীদু তুংইম্নবা হোৎনবদা মফম অয়াম্বদা শৈরেং ইবগী মহৈ য়ানবা ঙম্নদে। ইশাগী হৈনবীবু মতৌতম্বদা মাংহনগত্রা? ইজাতিগী চৎনবীবু করম্না কাওথোকনি? অতুনা হৈত হৈতনা, লায়রবা ৱাখলগী পুক্তৈদগী পুথোকচবা

লাইরিক মচা'সিবু মৈতৈগী অশেংবা লন্নি খন্না পাবীরিবশিংনা থরদ্দং পেনবীরবদি নোমজ-হোৎনজবগী মহৈ য়াল্লে থঙ্গগনি। অতুগা লাইরিক মচা'সিদা য়াওরিবা শৈরেংশিংগী ৱাহৈ ৱাতাগা করিগুম্বদা কনাগুম্বা কনাগুম্বীশিংগী পুন্সি ৱাথোক্কা হকথেংনবা য়াওরবসু অশেম্বা ৱারেং' শৈরেংনি থম্বীত্না ঙাকপীগনি।

লাইরিক মচা'সিবু পুথোক্কবা হোৎনবদা তেংবাংবিখিবা মরুপ-মপাং অমদি ইচিন্-ইনাও খিবিকপু থাগৎচরি। লোয়ননা পুন্সি 'সিমগী লমন্ তোনশিঞ্জরে।

H. Dhakeswar Singh

## অমা

চৎলবসু কোইচৎ, য়েংলবসু কোইয়েং
থেংমহে উরে — কদায়দসু !
নঙগুম্বী ইমা পোক্লকম !
নচা চামাগী মমানি ;
মৈতৈ সনা লৈবাক্কি
পুক্কবী !!

হুংঙাইবনা কদায়দনো ?
অৱাবগী ৱাথম্না কোকঙাওরে,
অমুকসু কপলি — তুমিন্ তুমিন্না,
কনাসু উন্দ থড়ুবনা!!

## পাম্মুইংকো পাম্মুবা

খল্লি ! ... ... ...

ঈংনা টিক্লা নতোমতা
কপ্লগনা কবি মাওজবা ?
নোক্রগনা কবিনো তোংজরিবা ?
নংঙ্গী —
পুক্চেল তপ্লনী রাগনি !!

শিংলিংজবা ভুবেন্ কয়া'
"ঈ'গী ঈচেল্নি লাইজনা,
নৈকংলা কযানা থম্মোয়নি ;
চীংজাও কনা 'মস্থ নৈহৌবিদো !!

অবাপ্পদা—
যাম্না লাপ্পা, — আ-দ !
ইনক্ নক্লা পীশুন্দা
খুবক্কী ঈ না লাইশানা,
মীলম্ মচাগা মনপ ওইবে"

অরাবনি !
য়াম্না রাপ্রনা ! অরাবা !
মীতেক্ মীবৌ ! হবান্না শাওৎ !
নৌনিংব' রাথল্— ! মীহৌবগী রাওঃ !
ওইজবা থিবনা থুম্মংলেদো !!

## পাম্মুইদকো পাম্মুবা

মশাগী—

মশা মতোমতা — মদোম্!
ইকায় থুম্নবস্থ মাঙহন্ব্রে!
লৈবক্ খুদিংদা চাক্—নিগদ্রা?
চাগদবগী—অরেম্বা অতুতবু??

হৈনম্— !
হৈনম্ লৈনম্ যাঙব্রবা!
উপাল্ য়াঙত্র উশাগুম্!
তুম্বক্ তুম্বক্! মচোয় মচোয়!
মগ্নি চৎলে লৈমায়’সে!
করম্ গোল্লগবা চিংনবা—
কৈদোদে থন্না মীপাইদবা??

তারোই— !
মতমগী নমোম্ শক্হেন্বীশিং!
মুক্না কাংজৈ চাইনবুং—যায়!
পুল্লপ পুল্লপ, শঙ্গু শঙ্গু!
রাইট মান্নবে—মুপাগা মুপীগা,
রাগন্ পান্দল্ থেল্লবদি কদায়?
হংনিংই থম্মোয়নুংদা—
অচিকপদ য়াম্না চিক্লা!!

ফজৈ !
নিংথিজৈ ! পুক্নিং হুইদো !
কালেন্ মুংশানা মৈচ্রায় চুরে !
নিংথম্ উলেন্না মকোক্হাল্ল !
নোংজ্ থাগী ঈচাও-স্থ
ঈকং থানা মচাম্বথোক্ই !!

হৌজিক্কী—
ঙসিনা কদায় ? হয়েংনা করি ?
ঐগোয় মশেল্ থৎনরিবগৈ
নৈক্রক্ ফাওদুনা চেনথিনিদে !
থঙহৌদে উহৌদে মশোক্লৈ !!

অমুক্তগা—
শুপ্লগী অমুক্তগা— !
হন্না য়েংথিসি তুংলোমদা—
অহাংবা অভিযাগী অভিয়াদা !
নৈচিন্না য়ুথন্ ওইবগা—
মালংবগী শউস্ লাংদুনা—
তাইবং মী-রা ভাংনবা ;
ইমা নংদি থঙলিনি !

লেপ্তে !
ঙাংবদি তোক্তে খুদিংমক্ ;
থৌরি চরম'সে কংগদৌরে ;
খোং-লম্ খুদিং ফুন্গংলে ,
লবুক্তা তুরেন্ তৌগদ্রা ?
কয়া' ৱারিগবা ইমা-ও !
শাওবা কৌবা নাইদ্রবী-ও !!

নতোমতা . . ... ...
নদোম্ পোমজবী ওইরম্বা !
মীখুৎ চল্লে'—য়েথায়রে !
ললশোংপী মহাক্ লাক্লগদ্রা ??
মী-ৱা ঙাংবা কাংবুগী—
নমথিরবা খর ! নমথিশ্রবা !
থৈদেন্ পোম্বলক্ য়ৌরক্লে—
কদোমদা অমুক্ থোক্লগবা ??

ৱা ! ৱা ! লাওনরকুই ... ... ...
"থৈদেন্ কায়রে"— ! 'বাজার বন্দ"— !
ইস ! কয়ম্মো তৌরিসিদি !
রিক্সোনি রিক্সো ! হৱাগাড়ী-স্থ ;
মীপুম্ খুদিং পুমচায়-চায় !!

পাম্মুইদকো পাম্মুবা

মরক'সিদা ... ... ...
কাংশি খোঞ্জেন্ গোবিন্দজীগী,
তুমিন্না! নাপ্পা চিক্না! অরাপ্পদগী,
কাওবা য়াদ্রবা মাঙলমচং—
লৈনম্ চল্ল' লৈনাগুম্!
পাম্মু পাম্মু মাঙথিগদ্রা ??

মচিন্দা ... ... ...
ঙাংঙই—মুরুম্ মুরুম্!
অচিক্পা অহিংগী অমম্বদা
খুরবা ৱাখনগী কাচিন্দা
চংশিন্ চংশিন কপ্লিদো !!

হা-দা ... ... ...
মৈতৈ চনু নুংশিবী-ও!
মৈতৈ পাখং লাক্‌খিনি!
থাংবা ঙমদ্রা ময়েংখিসি!
মী লমদগী হুন্নকপা—লমগী নুংশিৎ'!
কিজি-কিনা হুমগ্রদ্রা ??

কদোমদনো ... ... ... ?
কদায় চংখ্রে মখোয়দো ?
চন্দ্রখোং শিখোং। ঙাইখোং! ৱাইগোং !
মৈতৈ খুম্— "মায়ঙৌবী"!
পাম্মুইদকো পাম্মুবা।
পাম্মু পাম্মু পাম্মুইদা !!

লেপ্পা' নৈতে .. ... ...
চিন্গা খুংকম্নু মান্নদা
নোং চুবগুম্ চুরক্লে
নুংশিং শিংপগুম্ হুম্দোক্‌খ্রা।
দোং-দাং! গম্-গম্!
গোবো গোবো! গুং গুং।
ক্রিক্ ক্রিক্ পিক্ থল্লি!
পুমহাং হাংলে, পুমচিক্ চিক্‌ই!
তৌফম্ থঙদে! খর ফুনদোই !!

মসিরা মতমগী ঈচেল্ হায়বসে ?
থল্লিদো অস্নম্মা নচাশিংনা —— !!

বারিনিদকো অরাবসিদ
ইমা খৈদেন্ লাইরেম্বী-ও !
নোক্না চাওবা সমাজনি !
নিংলু' পিরাংস্থু মরোন থোক্লে !!

ওসি' ... ... ... !
হিংবগী পাওথোং কোংলসি
কপ্পগন্থু ইমা-ও !
পাম্মুইদকো পাম্মুবা !
পাম্মু পাম্মু পাম্মুইদা !!

## অনি

"হৌগ্রবা থৌদোক্ কয়া 'মা!
নীংশিংবগী ৱাংমদা লৈগ্রবা
শেম্বর্নি পুক্নি ঐথোয়গী!
হিংলূবনা নীংশিংলূবনি" !!

## অহুম

থওদে কদায়দনো—
করম্না শেমলিবা ?
পুন্সি ঈয়ায় ! তাইবং ঈয়ায়নি !
মালেম মহুং ! নৈহুংদা !!
ঈরোম্‌ংদা পোম্লগা—
লাইজথক্তা শাৎপা "থম্বাল্‌গুম্" !
ওইরক্‌পনি তাইবং 'খোদম্‌ ।
ঐথোয় !
মালংনা লিরি হন্নি !
লাইজম্‌ জগোয় শারি ।
পুন্সি' ঈথক্‌ হৌবনি ।।

থুঙ্গা ইচিন্ ইনাওশিং,
লৌরি য়েংলৈ কাঙহ্না,
ফৌ-নাগী জগোয় উজবা
কুমগী অৱাবা কাওগনি !!
কাওগনি ··· ··· !
অসুম্না শাগনি জগোয় !!
পাক্ল' ঈপাক্ পুন্সিগী—
তাইবং লৈরাং থা-নবা—
পুন্সি হৈরাং হেক্লবা—
পুন্সি ঈথৌ লাংবরা ??
ময়োন্ য়াওদ্র' লৈপান্‌গুম্ !
হৈনম যাওদ্র' হৈরাংগুম্ !
পুন্সি থাও-মসু মমখিনি !
মাংখিগনি — !
পুম্নমক্ অবেম্বা ওইহৌনি !
হিংবনি খোজাম্না ঈশ্বরগী !
মালিকা, মালোটি, মাধবী !
উপাল্ য়াওদ্র' উরিগুম্ !
হুমজা নাইনা হিংবনি !
তেল্ল' পুন্সি লখীমি !!
লজিক্ থাবা তগুম্বী !

## মরি

হুংশাদো ওম্বোক্পা শাগ্রে ;
হামেংনা মে-মে খোংই !
শাথিনা হুমাং শৌখি !
'হুম্ চংলি ঐনা ;
নোংম্ব কন্না চুম্নকই !
করিম্বু লৈতবা ৱানিদ !
ময়াম কন্না নোকখি !
নোকউ নোকউ — —
কয়াম কুইনা নোকনি ?
হন্না য়েংবদা মাঙখিনি !
নমায় পুবা ভমজরোই !

## পাম্মুইদকো পাম্ম্‌বা

কে-কু ! কোং-কোং !
উরে উরে ! আ-দা লৈরে !
মীনম্বা বা ঙাক্তনিদ !
'খোয় পুম্ব' থংলবা !
লোৎপা য়াত্রব পোৎনিদ !
কদায়-দা ? করিগী ?
নোক্লিং. নোক্লিং কপকনু !
তুমিন তুমিন্ লাওগনু !
য়েংনিং য়েংনিং তোক্তনি !
পুম্মক অবেম্বা বানিদ !!

মৈ চাকএ। মৈ হৌরে !
প্রেমগী লাইজ চেম্বহল্লু !
থম্মোয়দা মনিল্ কা-নবা !!

থক্শি-খাশি বাৎলবা
নোক্ক মীয়েং মাংখিনি।
শোয়দনা মাংগিনি নোংমদি !
তিম্মং-তনা থল্লবা লম্বী !
পাক্লব ঈমায়গী ঈথক্ম্‌ !
পুন্সি ঈথক্ হৌবনি !!

## পাম্‌ইদকো পাম্‌বা

কেকে-কে, ক্রে! মো! মো!
কম্না চোংথৎলু থাবল্দো!
খুদাংদ পিকম তৈগনি!!
ইমায়পেম্মা! শিদৌই-হে!
থাংবা ভম পোৎ নত্তে-দা!!
কম্না চেন্নু চেন্থৎলু
হয়াম্না হান্নগনি চেন্নু!
খুত্তা পায়বা ইতাওগী!
য়াদ য়াওবা ইচাগী!
কুৎ লাওবনা ঐগীনি!!

শাগ্রে শাগ্রে হুংশাদো!
থোংনা মেঙনা চাক্থেকুই!
মিংসি পাংবা ভম্নদে,
হম্না ক্ষাওবা ম্নেংনদে!
মচি মচিদ ভাংই
মুক্‌ম্! মুক্‌ম্!
তুমিন্ তুমিন্না! যাম্না তুমিন্না!
থংদে ঐস্নু—কৈদৌরিবনো হায়বা!
কম্নু নোকই! অমুকস্নু!
অমা চৎথি! অমা লাকই!

পৈশাগী পৈশা চাক্লা!
পৈশা লৈয়গা ল্লোয়রেনা!!
ত্নকান্' মচিদ! লম্বী' চিদায়দ!!

হাদ কবুই কৈওইবা!
ননিং নমাং হোজোং হো!
নতু লৈমা কাঙ্কোক্ !!

ক্রিক্ ক্রিক্ ইরৈ! কিবনম্বু শিদোই!
কপ্পাক্ নিকই! ফাথিগত্রা চিংনৈ!
অমনা হায়বকই—"য়েংথিসি"!
ঐনা হায—"যেংগম্মুসি"!
"মখোন্ তাও! অদুগী শরুক্"!
তাবদ সুংঙাই! যাম্না সুংঙাই!
ঢৈশেগুধ্বনি!
নিঙ্ নিঙ্ লাওই—খোঞ্জেন্দো!
ঙুরুং ঙুরুংসু ঙংই!
করি ত্তৌবিবা? কদা য়দ—করম্না?
কোক্ ঙাওই! খর ফুনগদোই!

"থুংলোক্পী শান্নবনি হায়বা!
করম্না হায়রিবা! কনানা!"

লোম্না লোম্না কম্নগা ;
নদোম্ ৱাথন্ মাংজনি !
কে-কু ! কোং কোং !
আদ নৈরে তনৌবী !
মহৌশা লাইরেম্বী ফজবী !
করিগী চেল্লি মী উরগা ?
তান্নৌ তান্নৌ ! কন্না তান্নৌ !
মাংবা য়াব নত্তে কো !
সমাজগী মরন্ অশেংবনি !

চেম্না চেম্না চেংক্রূক্ চায় !
ফম্না ফম্না ফমশিং চৎলি !
নৈক্রক চৎলে—নৈই চিংউ !
থাজবা য়াওদ্র' মরূপকী লিচৎ !
চৎনা চৎনা চেমপাক্ চায় !
লাইজ্ঞ কংল' মালেমসিদ !

কনানা লায়ববা ! কনানা ইনাক্‌খুম্বা !
ঐতনা হায়ব্রা ? নংতনা থংবরা ?

ইচায় চায়রেদো ! পূম্মাং মাঙলে !
য়েংবদা ৱাবে ! মিৎলি নারে !
থরনা নোক্ ; থরনা কপ !

ৱাথন্ য়াওদ্র' মীগী কোক্ !
কজবা নৈত্রবা—নখোয়' মায়থোং !
মখিংবোং য়াওদ্রব উতোং অহোবনি !
হো হো হোদ্রোং-হো !!

ঐগী নংগী মাগীস্থ—
ওইদবতনা অচুম্বা শাবা !
মী-ৱানি ! মী-ৱা

য়েংলুসি চংসি ! তাক্লসি লাও !
ঙাংবা কম্বনা অকম্বা ওই !
যেংবা কম্বনা অশিংবা শক্ !
কপ্-লী ! কপ্-লী নোক্-মি ! নোক্-মি !
থাইনা মমাংঙৈগী মমাংঙৈদ ;
মহৌশা কংলৈপাক্কী কংলৈপুং ;
হৌজিক্কা সনা নৈবাক্ "মণিপুর" !
নিংথৌরোল্, মৈহৌরোল্,– মীহৌরোল্ !
মুমদব পুয়াদ—সংগাই কম্মাংদ !
ইঙা কুমদম্ব ! ইঙেল্ কুম্থায়ব !
অসিস্থ চংনবীনি — — চংনবী !

করম্মা হায়রিবা হৌনবী নত্তে !
পুম্নমক্ চংনবীনা শেম্বনি !

ইমা মহোৎশা—"লাইরেম্বী" !
মাঙনা শেম্বনি ! মাতনা লোইবনি !
ইভা, ইভেল্, থবান-থা !
ভাইবং মৈচাক কম্ব-থা !
হাউরেনা পান্দোম্ ফাবা থা !
পোইম্ব লাকনি মীপায়জে !
মীপুম্ খুদিং হরাওই !
হরাওই !!
চেনা খুদিংদ—থম্মোয়গী লকা-দা !
কুপ্পা ইরি নিংথিজবা পরেংদ !
মচোম মচোম, পুক্রিংগী বাথন্ !
মমবা বাথন্, কেমবা লৈনম্ !
মতমগী ঈরাং ; প্রকৃতিগী ফজবা !
হাংথগনি অমম্মক ! লেপ্তনা ইথিনি !
ঙসিম্ব ! হয়েংম্ব !
ইরম্থো হে ! অইব-শা !
কারগী ভুমিমা কম্লিথগে ?
লোশিং লৈরবা অইব-শা,
নথোমদি কবিনি হায়দে-দো !
অশেংবা কবিদি—মথোয়ত্নি !
মশাগী ওইবা বাহৈদ—
মতোমতগী থম্মোয় ঈচেল্দু—
মশানা পুথোকচব অদুনি !!

## মঙা

মশা মরেঙ্ য়াম্না লোংবা ,
উজাও অমগী মশা-দগী
উশা থর য়ানথৎগ্রবস্থু !
উপাবীহৃদি অহংমক্ হিংবা ঙমী !
অদুবু !

তিল্ চংলবা,—পাখী' মরুদা !
'পাখী অদু পুম্না তুরক্কনি !
কংলগনি উশা পুম্নমক্ !!
অস্থুম্না মাংথি—কাম্নরবা কম্না
অমা !!.

## তরুক

শেমজিন্ শেমজিন্ কায়রবা !
নীংথায়রবা অাশাগী দলান্ !
মল্লবা বাখনগী—"প্রতিমা" !
ফুংশি মালেমগী ভিক্ষারী !
হাপকদ্রা—হন্দোকদ্রা সমাজ'সিদা ??
লৈমন্ চল্ল' লৈনাশিং !
নীংশীং বাংমদ চোয়জায়না ;
খোমজিন্ খোমজিন্ তনৌবী !
মাংথিগদ্রা লৈথিগদ্রা মালেম'সিদা ??
লম্মথাংগী খোইমু তম্থীবা;
খোইহি য়াওদ্র' থারিক-থা !

হজিন্ হজিন্ ভংবগি –
চৎনবী য়াওদে তাকপরা ??
লৈয়াং কয়া' লাংলরে-নৌনা !
পোইরৈ পাংকী থরোম্‌—
লাক্লেল্ পাংকী ঈয়ায়গী—
কোখীরৈগুম অতুম্ মাংখিবনি।
পুন্নমক্ মাংখি—উখিদে লোয়নমক্ !
মথিংতমক্ 'ভাম্নহৌই' !
হাংল' মালং ঈপোম্‌লক্লা !!
কোকিল্ মাম্ খোংলখিদ্রে !
ক্‌াক্লী লানবাও' চেল্লখিদ্রে !
চরোইনা তে-তু খোংখিদ্রে !
ঈচিক্ ছল্লবা অহিংসিদ !!
পামেল্ কয়া নিংশিংবগী—
মরু ফুক্লুনা মাংখিবনা—
থিবা থংদ্রে তুংলম্‌চৎসিদ !!
ঐখোয় মশেল্ থৎনরে !
ইচিন্ ইনাও শকথংনদ্রে !
ইপা ইপুনা থনম্বা।
লন্‌গৈ কায়ত্তুনা য়েন্নসি !
খুংদবা কয়া'মা য়াওবেদো !!
চসি শারম্বা দলান্ !

হয়েং য়েৌবা মাত্রেদো !
করম্ থোক্লগবা থম্বদা
থম্মোয়'সি পুম্ভেত্রে !
তাম্নবং "মীহৌরোল্ মতমতুগী"—
চৎলম্বা "লা-গী লম্চৎ"—
শাইজিন্ পক্লা তোংলয়ে !
থোংগী থোংজিন্ নোয়রে !
থোঙ্জেন্ ৱাংনা লাওনবা ;
ময়া লাওনা কাথোক্লরে !
ইপু নিংথৌরেল্ হল্লকখিদ্রে !
ইপা নিংথৌসু লৈখিত্রে !
ফুঙ্গা ৱারী' লিনখিদ্রে !
পেন্না' শাজিং থোংখিদ্রে !
লাইজ ঈচেল্-না ৱাংপদ
'ঈ'গী ঈথোং চেল্লখিনি !!
য়েক্লবা পুন্সি' শক্তম্ !
থারবা ৱাথন' উপাল্ !
মতমগী নোংলৈনা কম্বনা—
মাংখি অত্তুম্বক্— ! অসুম্বক্ !
মৈতৈ ই-লমস্ন পাকপনি !
ইশাগী ইয়েক্ লৈজরি !
মীয়োল্' করিগী তাংলুনি !

মেক্লমখো ! হে ! লাইরেকপশা !
করি' মেংহূনা নৈথোক্লি ??
মুংদ হক্পা মুত্তি !
নৈই-না তাক্পা শক্ম্ !
মৈতৈ লন্‌গৈ ওইহৌরনি !!

পাম্মুইবকো পাম্বা

## তরেং

থনফম্ থংদে—কোক্'সি ভাওই !
পুন্সি' করম্বা মীকুপ্তা—
মফম'সিদ য়ৌরক্খিব ?
পল্লেপফম্ থংদ্রব ৱাখল্ !
চোক্থরবা হকচাং' কুয়াৎ !
তাম্না শন্দোকখ্রিবা লাপ্লবা পম্বুংফম !
কিরে ! ভয়মক্ কিরে ! খুল্লুবদ !

হন্দোক্পিরম্লগ মফম'সিদ ঐবু
কৈদ লোৎগ্রব মহাক্ অহুদি ?

শারব মৈশানা মৈরবা—!
উক্রম লৈত্রবা মক্ম'সিদ ,
কৈদনো পোংথগদব 'খোয়না ?
'তুংদা লৈহৌব শাংলব লম্বেল্ !
করম্না হনথিনি — "ইতোমতা" ?
"উক্রম" ওইনা উরম্বী লাপ্লিরৈদে,
চংশিল্লুই পোংথাগে খন্দুনা মীকুপ'মত্তুং !!

পুম্নমক্ মীনম'নি ! ওম্নমক্ ওইদবনি ?
পোংথক্ম্ লৈত্রবা তায়বং পুম্লিদ !

চওবদি য়াদে ! চংকনি, শোয়দনা !
কনাবু অমুক ডায়মরোই — লখী'সিদ !
শারবা লৈঙোয়' লৈমায়থক'সিদ !
পুম্নমক্ লুপথিগনি —"মতমগী ঈরোম্মুংদ" !
থাপ্লব লমহাং ! মম্নব উনুং !
থেংলবা অহিংদ — কুকেং কাকেং !
মঙাল্ য়াওত্রব অন্দনগী মৈঙানুগুম্ !!

অকুপিরক'মু ঈশে ! তেংথবীরকনু ঐগীদমক্,
নিংব কাম্নরবা নখোয়' সুরদ !!

লৈজনিংই ইরোম্দোম্ মক্ম'হুদ !
তায়বং' থোঙ্গেল্ তাত্রবা মক্ম'হুদ।

ঙুংঙাইবা মংলৈবাক ! বাখন্গী ঈচেন্দ !
ঐগীস্থ লৈজে ''সংসার'' নংগীগুম্ম !
ঈমায় চোল্লব তোব্ব'ান্ মনাক্ত !
মান্না লাপ্পা কনা ঊদনে— !
পুন্সি' লম্বী চীদায়দ ক্ময়ত্তনা—

নিংবা কায়রব লান্মীগুম্ !
কর্পচরুগে থবায়'সে পেন্নব !

নোক্লকম্ ওইরব 'খোয়গী পুন্সি !
পোৎথকম থংত্রবা 'খোয়গী থম্মোয় !
হিংব য়োনা কিন্নবা ঐখোয়দ !
লক্লরি করিগী থাক্লা নোক্তুনা ??
কুমৈ য়েংবা ঙাক্তা ঙায়রে !
'চিন্দনা অমা ঙাং ! থুৎনা অমা !
থাইনগী ''ঊরোম্-সুমজিৎস্থ'' ঊথিল্রে !

মতম'সে লোয়রে ! কুইদরে !
লোইবীদ লশিং শাৎথিল্রে !!

অকবনা কদোমদ ? কওবনা কদোম্দ ?
অনৈবা ঈশিংগী ঈচেলগুম্ চেহন্নী !
তুরেল-দা কাউশিংস্থ তাওথরক্থিল্রে !!
থুংহৈব রাজনিতি য়োরক্লে—
বাঘেন্ কাটি' চপ্লথিল্রে অমুক !!

## নৈপাল

নোংমা উথি মাবু—
মংলান্দ !
শাথিনা মোৎলবা মাগী –
ফিজোন্দ !
করিগুম্বা থর মণ্ডোন্দা—
হংনিংথি !
মরোল থোক্রুব মীগুম—
য়েক্নকপি !
ঐনসু য়েংথি ভুমিন্না—
মহাকপুম্ব !

## পাম্নুইদকো পাম্নুবা

লাপ্না ! য়াম্না লাপ্না !
　　　নিংঙেমদনা !
মঙ্গম্ শাঙ্গ্রব থোংচৎ !
　　　　চংখি !
পুক্নিগী অর্থ থংদ্রব—
　　　থোংচৎ !
উবা ফাখিদ্রে অমুব—
　　　　হম্না !
মংলানগী মহাক অদু—
　　　পুন্সিরা— ?
পুম্নমক্ মাংখি লোম্নমক্—
　　　　লম্বী'হুদা !!

## মাপল

অরাঙ্গদ ! য়াম্না লাপ্না !!

ঙাংনৈ শোমৈ — মচি মচিদ !

মুকুম্ ! মুকুম্ !

করম্ থোক্লগব ! করি ওইরগব ?

কনা 'মনা হাপ্পরি — করিগী ?

খংহৌবনা কনানো—?

উহৌবসু কয়া অমনি !

অদুবু কদায় !

খংদে উদে কনানসু !

শিংবা পুন্সিরা ! অচঙ্বা তায়বংলা !

ভাইখো ! লেপখো !
পুন্সি ঊথৌ লাংবদা !
করিগী তকিংলি — কিংগম্নু !!
স্বপ্নগী ঊচেল্ মাওত্র' তুমেলগুম্—
অহিবগী খোঞ্জে´ তুংইন্না—
লেপ্না নাইদনা চেম্বরি !
চেম্বশিগনি অম্সুম্ — অম্সুম !
কন্না নোকউ — নোক্নিংবদা !
যাম্না কন্না, — — কন্না !!
লৈচিন্ মরক্তা থাজনা ভাম্বগুম্ !
ঐগী পুন্সিদু-ভাল্লিদো — অম্সুম্ !
অবেঙ্ অবেঙ্ পুংথবনি !
ৱাংলব ৱাখল্ — সমাজগী !
কদায়' চৎত্রে — ?
মাংখি করম্না কদায়দগী— ?
অদুগা—
শিম্বরিবা পিরাং'সে মীংলুদ—
সুংশিবগী পিরাং নত্তে কো !
ইমা পোক্লকম্ মলেম'থক্তা—
ইমানি — নহাক্ ইমানি !
চাওত্রিব নচা কম্না'মগী !!

কপকম্থ ; হে-তায়বংশা !
কয়িগী কপ্নীবগে হৌজিক্তা ?
ইমা মশক্ খংদবীশা ??
জগৎনি !
ঙসিগী, ঙারাংগী, হয়েংগী !
পুম্নমক্ তৌশিন্নব ঙাক্লরা ?
কনানা হায়রিবা— ?
করম্না উরিবা ? — — কৈদৌঙৈ ?
লেঙশিন্নীরো — লেঙদবশা !
মলেম্ কম্বাক্ থক্লিদ !!
কৈদ অমুক্ চৎলিবগে ??
পুন্সি য়াঙ্বী থক্লিদ—
অরাপ্পা মচিদ লেপ্তুনা—
মখোন্ থোক্তনা কৌরিবা—
কনানো নহাক্পু শক্থঙদবা ??
ইফুৎ য়াওদ্র' ঈয়াইগুম্ !
ঈনিল্ য়াওদ্র' সংসারনি — সংসার !
ঙসিনা করি ? হয়েংনা কদায়দ ?
লেপ্পা নাইদ্র পুন্সিগী—
তোর্বান্ য়াওদ্র' ঈচেল্নি !!
থিংগনি কনানা — করম্না ?

শেংলবা—
অমকপা য়াওব্র' পুন্সিদ্গনি
পামজবদি— !
ঐনসু , নঙনসু ; 'খোয়মিনা !!
পল্লেপক্ম খঙব্রবা নপুকচেল্ !
অকবগীসু ফত্তবগীসু পূন্না !
পুন্নর্প পূন্না— !
শেগায়রো — ; শেগায়রো, —হন্না।
মচেৎ মচেৎ তানা শেগায়ঙু !
লেঙদনা লৈরম্থিগনি মকমতুদা !
অশেঙবা থম্মোয় !
থম্মোয় — ! ঐগী থম্মোয় !
অমুক্ খোম্জিল্লু পূন্না— !
ঙাল্লমগনি থবানমিচাক্ কয়াম্র—
তগুপ তগুপ্না হাঙলবা অতিয়াদ !
লৈচিন্ নোংক্কায় মরক্তা !
অতুগা—
অহিঙগী শকলোন্ লাকপদ—
ভুংশিনগী শকক্ম্ মাঙখিনি !
মাঙখিনি ! ... ... ...
হন্না অমুক্ লাক্খিদ্রে !

হৈকোল্ অমস্থ শেম্নবা—
লৈরাং অমা শাংথিবা—
শাংথিনি—
হয়েং — কাওবা অস্নুম্ !
মত্তুবুনি মিংচৎ হায়বদো !
পুম্লিগী ওইবা মিংচৎনি !
মিংচৎ — "পুম্লিগী — লিলা" !!
মাঙথিনি — ! লোইথি - "লিলাদো" !
তুংগী হরাও কুম্মৈনা !
মাস্থ - 'খোযবু ঙায়রম্গনি !
'খোযস্থ — অত্তুম্ চৎথিনি !
পাম্মুবা কয়া ছন্দোকলম্ !
কল্লকপা কযা তিনশিংন— !
নোক্কা চাওব তাংবংসে !

## তরা

মাইতোম্ শাংচবী লৈরাংসু ;
লৈনম্ চন্দুনা মাঙখিনি !
লৈশাং তম্নগে থল্লুবনা,—
মুজাগী বাথন্ হেনবনি !
থাবল্ ফরবা অহিংদা,
বারক্তা শাংচবী তয়ালগুম্ ;
লৈরাং লৈনম্ নিঙথিবী—
মাঙখিনি থম্মা পাম্মুইবা !!
অমুক্ বাবা পুল্লিনিদো !
মুজা হায়া থলহোদে !

অম্নুম্ থম্লা শাংকত্রা— ?
নৈমায় 'থক্তা কেনগত্রা ?
হৈপাল্ তৌই নোপ্তেদো !
হৈরাং স্নেংলে মকজে !
নৈনম্ নম্রে মন্নুংশি !
ফজবনা নিভখিবী ফজবীনি !
লিরি হুমলি মালংবা মাস্নু ।
খোংলি তেনবাস্নু তত্তনা—
চিক্লব অহীংগী হাভলব মফম'সিদ !
মম্লোন্ য়াওত্র' নৈপানগুম্ !
হৈনম্ য়াওত্র' হৈরাঙগুম !
মফম্ থঙদ মাঙখিগত্রা ??
চোয়জায়নরবা শম্লাং মুজাগী !
পিরাং কংলবা মিৎলু !
নচা 'খোযবু থম্বদা
তুমিন য়েংতুনা কম্পরা ?
ইমা নহাকপ্লু ! পোক্লফম !!
মাঙখ্রে ! লোয়খ্রে ! পুম্নমক ।
মৈরি থোক্লা চাক্লক্রে !

## তরামাথোই

চীঙ্‌জিন্ অনি লৈরম্মী ;
তোরৈ অমা মশেম্মী !
ঈচেল্ য়াংনা চেন্থরকই— ;
চীঙ্‌য়াং কয়া'মা কাওরকই !
তম্পাক তম্না মরাকই !
নোংলৈ কয়া'মসু লৈহৌই !
মালংব মাদি লোয়নরক্লিদো !
চেক্লা কয়ানা কৌহৌই ;
লৈরাং মাসু য়েংহৌই !
অদুবু চেন্থরক্লি অসুম্বক—
লেপ্পা কৌব লৈতে-দো !!

ঈচেল 'তুগী তাক্তক্ অমদা—
ঈরৈ'মগী চৈথেং কংখিবা—
লৈরায় মাদনা থঙহৌই !
লাইজ মাদি চেম্বখি !!
তোবর্বান্দ হৌরবা কাওশিং-'মা ;
ঈচেল্গী ঈয়ায়দা তাখিব—
তোরৈ ইন্না তাওথখিবনি ।
হাবুং কয়ানা নোক্হৌই !!
মতম অমগী "উরোক্-থোং" – !
হৌজিক্কীনা "পাম্বু-থোং"— !
লদী থংনা শারবা—
লৈরায় পক্লা নিংথায়রে-দো !!

অরাপ্পদ' হৌরক্পা ঈচেল্-নি !
পিক্লা চেনজবা তুরেল-নি !
পুক্তি' ঈ-রৈ হৌরক্খি !
মিংলু' লাইজ চেম্বখি !
চেম্বখিব ঈরৈ 'মনা হনগত্তবগুম্—
হৌথি অসুম্মক্ তুংওইনা !
ইমা নহাক্তি অমত্তনি !
পুন্নমক্ হৌকম-দগী ওইবনি !
ঐমা নিঙ্থাদ কপ্লিঙৈ—

মিৎলু পিরাং পিকম্‌-না !
ইমা নঙবু কৌজব—
খুম্বা য়াওদে কনাম্মু
ইমা নহাক্‌ নত্তনা !
ইমা নঙবু পোক্লকম্‌-ও !!

ঙসি পান্দোঙ্‌ কারে—
হয়েং শারেপ ক্ষা-রনি !
অত্নবু-নে ইমা !
য়াওদেনে কনাম্মু ওয়েংবিনবা— !!
হানৌতনা থল্লব য়াংবীথক্‌ !
পামেল্‌-তনা সংলব উমংনি !
অত্তিয়া মকোয়নুংশিদ—
হরাও' করম্‌ নোক্কনি ??
কলক্‌ মিয়েং লক্‌সিদ ??
চেম্বরগ । তুরেনগী ঈচেল্‌ !
কংখিদি করম্না কৈদৌঙৈ ??
থল্লু-খল্লু পাম্মুই-দো !
নিঙশীং-নিঙশীং মকাও-ই !!

নপারি লিশীং ঐখোয়-নি !
নমোম্‌ কয়া'মম্মু লৈরি !

## পাম্ ইদকো পাম্ বা

মিৎলু পিরাং তৈথোকপীয়ু
চিংনব করি লৈরিবগে ?
নতম্বাক্তা চাওজব 'থোয়নি !
নথাদ অস্নুম্মক মাঙখিনি !
লুংশুক্করবা মায়থোং নহাক্কী,
থাজগী মায়থোংবু ঙম্‌জবী !
ঈয়ায়দ শাৎচবী লৈরাঙ্গুংম—
থরোনি, থম্বালনি, থারিকথানি !!
য়েংবগী পেম্বা নাইত্রবী— !
মাংখি অস্নুম্মক চৎখি লোয়নমক !!
পামেল্ থক্কী চেক্লাশিং—
চরোই-না তে-তু খোংখিত্রে !
কাক্কা লান্‌বাও' চেম্লক্রে !!
ঙরাংগী লৈরাং কেল্লে।
নচানা করম্ য়েংগনি।
পেম্বা লৈত্রব অচাওরমগীদমক !
থানা য়েংলকপা মীৎয়েং !
পঙলবা তায়বং ঐথোয়নি !

ওইজুনসু—
হৈ শিঙলব লাইয়েকপ !
থম্মোয়গী অনিংব ! বাখনগী ঈচেল'বুদি— !

ওয়োয় য়েত্থুনা তাকৃপা ;
মপুঙ কানা কৈদৌভেন্সু নহাক্বা !!
মায়থিরব নীপা'দুগী বাখন্ !
মজারকৃপদ থব্বা বাখন্ !
মান্নব্রবশু ঈথক্-ঈপোম্-দ !
"হৌফম্-লোইফম্ মান্নব ঈচেল-নি !!
কদায়দগী লাকৃপনো—কদায়দ চৎলিব ??

## তরানিথোই

অরূব ঈশিংদ—ইমিবু য়েংতুন—
ঈংলব থাবল্দ—মৈশা ফাওারব!
লৈকোল্ কয়াদ—হৈকোন্ খুদিঙদ!
থিরুব খুদিঙ—য়েংলুব মকম্!
শাংথিব্রে শিঙেল্! পাইথিব্রে চেক্লা!!
পুন্সি' লৈমন্ চন্থ্রব্রনে!!
বীদায়গী পোরম্ কাংথ্রব্রনে!!
থাঙঙ্-থক্তী ভাথ্রবোই!!
অশঙ্ব নাপীগী ঈপোমদা—,
মালংনা জগোয় শাবরা?
থাজগী মায়থোংনা—''নীংথিবী'!

নৈচিঙ্গম্ কোয়ন পায়বরা ?
ঙাল্লব কোরৌগী—"মশেক্"— !
হাংব "অতিয়ানা" খুম্জিনগ্রে !!
তেক্লি, তেক্লি – শাৎচবী নৈরাং !
মমলি, মম্লি মতমগী মঙাল্-দ !
ঙমদ, ঙমদ ঙংলখিত্রে-দো !
নৈরাংগী নৈহিন বাৎপন—
খোইমু' হন্ন পায়খিত্রে !!
থাজগা থরোগা ; হুমিংকী হুমিংনৈ !
মতম্ন অহুম্ কায়নখি !
কোবৌ ! মালেম্ ! অহাংব !
মৈ ! ঈশিং ! নুংশিৎ !
ঙসি ! হয়েং ! হংচিৎ !
ঐহাক্ ! নহাক্ ! মহাক্ !
পুম্নমক্ মতম্ অহুমদ ওইবনি !
অদিনা লোইরে—তায়বংপাল্ !!
মমাঙ নৈকায় থম্বাল্ শাৎলে—
খোইমুদ ইল্লে খোইরাব !
ইনিঙ ইমাঙ চপ-যুং !
মিৎলু' নাপোম্ অনিদ—
লাইজ ঈহৌ তম্খিব !
পুন্সিগী তাস্কক্ অমাঁন !

নিঙশীংলুবনা করিগী থল্লবা ?
লৈরাংগী লৈকাদ কায়দোঙ্লিডে !
শিঙেল্ লৈহি চুপখিব !
বাথন্ অনি লোঙ্দ-শা !
পুয়মক্ পাম্বুব ঙাক্নি !
অশুম্না ওইগনি—তুংগী পুন্সি-সু !
নিঙশীংবা ঙমদ্রি তুংগী থোদোক্ !
খঙলুবা য়াওদে ওইরক্কদব মওং !
মখি শাল্লবা ঐগী পুন্সি— !
লানব ঙমদ্রবা—পুন্সি' তুরেন্ !
য়েংলি ঐনা পুন্সিগী মিংশেন্দা !
ফমখিনি—পুন্সিগী লৈরা যদা !
অবা-মুংঙায় ঈখৌ লাংনা— !!
চেল্লিবা ঈচেম্না তংত্রিডে—
ঙাল্লিবা কোরোম্ন মমত্রিডে—
শিংখলিবা মলয়ানা লেপত্রিডে—
হিংলি ঐসু—ঙসিদি !!
য়াওরি ঐসু তাইবংপান্সিদ !!
তাওথগ্রসনু পুন্সিগী হিয়েন—
কায়খিত্নুনা বাখনগী চেকপন্—
মমগ্রবদ আশাগী মঙাল্ !!

## ভরাহুমদোই

ওঘোক্লা পাম্মুই—
কেল্লব লৈরাংগী পুন্সিদো !!
কয়াদ ঋুংশিগ্রব—
খুইথরব লৈরাংগী শকুকম্-দো !!
মতম অমদ পোম্‌খিব—
ঙসিন লোইরে লৈশাৎ-তম্ব !!

য়েংবদ ফজে—
কালেন্ থাগী "লৈপাকৃলৈ" ॥
পুক্লিং হুই—
তানক্লব লৈরাংগী মায়খোং !!
চহি কুন্দওন্গী শাৎচব—
কুমজা লোম্নরে মাঙখিনি !!

নোম্ ! নোম্ ! শগায়তোং—
চানব লৈতে তথেন্-থাঙ !!
কোইনোম্ নোম্মী !
অমগা অমগা হাৎনরে !
হুংশিনব কৌবত্ন মাঙগ্রবনে ?
থণ্ড-প্রলয় লাক্লব্রনে !!

উচি ! চি-চি !
থক্লং মপান্ থৌশাব !
শেন্দাই লাকই ক্রং !!
মৈতৈ পুকচেল্ লাক্‌থিনি !!
মৈতৈ লৈপাক্ শেম্নব,—
থুম্ভ কলম্ পায়বশিনি !!

মোংপ নংত্ত—
চরৈ ফিমল্- অশেংব !
শেগায়ব' নত্তে—
চরৈ ফিশেং—অহম্ব !
অমোংপ থম্মোয়গী রাথন—
অতুত্ব্ শেংদোকসি পুম্না !!

"মণ্ডপ" য়াওদ্রব মহাক্তো।
লৈনম্ য়াওদ্রব লৈরাংগুম্বনি॥
লমচৎ' শেংদ্রব,—
হাংলব পুন্সিগী ঈয়ায়নি।
কপ্পতন থম্মোয়গী অবাব নত্তে!
নোক্পতন মুংঙাইব' নত্তে!!

হিংনবগী লম্বী—!
অবাব ওইরিব কয়াদ; শেম্বদ!
থোংথাং খুদিংদ তিংথং য়ুই!
য়েংলুব খুদিং মায় ঙাংই!
থল্লুব খুদিং অরুব ওই!
অতুবু! অয়ায়বনি শিবগীদমক্তাদ!!

পাম্বুব কয়া—
পাম্বুন ওইখিবা! পাম্বুন মাঙখি!
তাঙনা ফংখিব! তাঙনা লোইখি!
পাম্বুরুব খুদিং—পুন্সিদ;
অতুম্বক মাঙখি! লোয়নমক!
মৈতৈ ইজাৎস্নু মাঙখিদোৌরে!!

# তৱামরি

থোরম্ য়াওদন "মিংচং" পাম্ব !
অঙাওবনি মহাক্কো ! হায়মম্ব থোক্লোয় !!

হায়দোক্ত্রবদি ইশাগী "অনাবদ্ব"—
ইতোমতগী অৱাব ওইদুন তোক্চৈ !!

মরোল্ কয়ান কুপ্পব—
হাঙলব 'থোয়গী পুক্নিনি !!

কিদব ঙমদে—পুক্নিবু !
কিরুবগীন করি কান্নরিব ?

## তরামণ্ণা

ঐগী স্মাং মচীদা—
কোরৌনা মুন্না য়েংলম্মী !
মালংবা মাস্তু তথক্লি !
মোমোন্ নোক্চৈ "আঙোয়গুলাপ" !!
মিংনদি হন্না য়েংঙম্দে !
থম্মোয়দা মৈরি থোক্লকখি ।
মপুন্সি লোয়রে তাক্লপ ;
করম্ য়েংহনা থাওগনি ??
মখিৎ মমায় কোরী-চেল্ !
মীৎলু নাপোম অনীমক— !

নিক্ নিক্ লাওব মশেন্ন !
মালেম্ থকুলী মাঙখিব !!
অমম্ব পর্দা মরুম্দ,—
অহীং লৈমান ন্নেংলক্থি।
পান্নব সমুদ্র ঈমায়-দ !
কোয়ৌ মাদি মাঙখিব !
লোইবী নাপোম্ কয়ানম্ব
খিংব কৌবদি ভমদে-দো !
থরায় মানা পায়খিব—!
হকচাং পোলাংদি লেহৌই !
খিংবা য়াদ্রবা থোংচংকুম্
থাজ মাম্ব চেম্বোক্লকই !
ফীডৌ শেংপী মায়থোংনি !
লিরি শিংপ মালংব !
ইকায় ফীরুক্ খুমজরি !
মচি মরুম্ খিবদ—
মেঙ্না তপ্পা হুমজরি !!
নোক্লম্ব আদোরগুলাপ নোক্খিদ্রে !
য়েংলম্ব হুনিংলৈ শাংখিদ্রে !
থাজ লাক্রে খঙবদা—
থরোনা হরাও তম্বাম্জে !

ঊম্মায় ওল্লা শাংকাযরে !!
ঊদায়রেম্ থুঙ্গং ইনেম্' চা-ও !
মদায়রেম্ পোইরৈ বাংমদগী—
থোংনা নৌরবী "শকহেনবী" ;
মপান্ থোক্কী ফিজেৎ-নি !!
মৈতৈ ঊমুং চয়েৎ-না—
ঊকা য়াবা ওইবদি—
মৈতৈ পাথং কোক্চিক্লে !!
নহা মৈতৈ পাথং' !
বাৎপা লৈতন মথোক্লি !
ছুপা শাবত্ন তোক্ত্রিব্রা ??
ছুপী মশিং' হেঙ্গ্রজসন্ন !
ইপানাৎ ; ইপুনাৎ—!
মাঙবা য়াদ্রব পাওরৌনি !
করম্ মাঙথিনি পাম্মুই-দা !!
পোম্বী চেক্লা য়াকায়রো !
তুম্দবগী মঙলানুগুম্-ঙ্গ্রে !
করম্ য়েংতুনা থাঙগনি ??
থায়নগী শিংলম্বা নোংলৈ-'মা !
হৌজিক্কী হুম্লিবা বাথন-'মা !
থা ! ক্রক চিক্ লাম্বেংলৈ !!
লৈনা অগোর শাথেক হোং !

পায়মা পুক্লিং কপ্‌চেৎনিংই !
কোয়ৌনা হায়রবা থাজনা মেংলবা—
ঐগী মুমাং মচিদা—
মুমগী মরুম অমদা— !
ছমবা মালংদো ; লৈকোন্‌ অমদা !
অম্মুম্‌ মাঙখি ! অম্মুম্‌ চৎখি !
হমকৃপা কৌবা নাইদে—
শায়বা কালেন' মুংখিন্‌সিদা !!
মেঙলবা মেয়াগী অয়ুক্‌সিদ !!
মেলা মনুংগী মেলাগুম্‌ ;
মতম্‌ অমগী কুম্মৈনি !
অচুম অয়ান্‌ ময়েক্‌-শেং !
লমহুই মকোন্‌ চংগ্রেনি।
হম্না অমুক উখিদ্রে !
রাংলবা রাতোন্‌ নেমথবক্লে !
পামেল্‌দা চেক্লা পায়রকৃখিদ্রে।
মিৎলু অনি' তরং-চেল্‌ !
লুক্লুবা মায়থোং থম্মোয়মুংগী !
নীংবা কায়রবা রাখল্‌লোন্‌ !
চিম্বাল্‌ চিদায় কম্না চিক্‌ !
নোক্লিংদনা নোকপা-শা !

য়েংনিংদনা মুনা য়েং।
থম্মোয়নুংদগী মৈরি "ওমচাক্লরবা" !
অসুম্ য়েংতুনা লৈখিগত্রা?
পূম্নমক্ মতম্গী খোঙজেন্নি।
হল্লকপা কৌবা মাইপ্রবা –
উবা ফংবা লৈখিদ্রবা
"মতম্" মাদি লাইবেন্দী।
"ইমা" নঙবু কৈদনো?
কৈদনো নঙবু ভৈরবী?
মথুং তরা পান্।
মাবথোং লিশিং অমা।
অমা চংগি ওনি ইন্নগি।
পূৱমক মতমনুগী "মতম'-নি।
নোংমিজক্কী "মতম' খানগী "খোঙচৎ" !
মতমগী মংলেং—উমিগী শাজৎ।
অমকী মাপংবা, মখাগী বাগন।
পূনাং আংবো। পুম্নাম চাবগে।
"চান্নবী" ওম্বগী, নোংবান্নগী "খোইরী" !
ফনা লাওইজ ফনা কপ্চি!
চংগি মতমদি হন্না যেংনমদ'।
রাখনগী রাখননি, মতমগী কোংগোইন্নুংদা।
নোংমা!—

ঐগী স্বমাঙ মচিদা—
কোয়ৌনা য়েংখি—মানংনা হুম্খি।
থাজম্ ঙাল্লি, মালেম্না শংবান্নবি।
মাঙখিনি অস্থন্না—অহীংনা থেঙলবদা!!
লোইখিগনি পুন্সি—ঝাখনগী ঈযাইদা!
লাইজনা থল্লবা-ইরাক্সরবা হিনাওদা,
কাখৎকে থল্লবা—পায়রুবা হি-বান্দা,
কল্লবা চৈথেঙনি—মেঙলবা ঈবৈদা,
পঙ্গুংকম্ থডম্রবা—আশাগী পোচেংনি!!
নীংশিঙবা ঙমদ্রবা-—ঝাখনগী ঈংবনি।
নোংমা!
অমম্বা থোঙ্গী পর্দা মক্মদা!
লৈনম্ অমা লাক্‌খিবা!
মউ য়াওদ্রবা লৈনাওম্।
খুইরি-খুইবি, তেক্‌লি-তেক্‌লি।
চঙলক্‌থি মক্মদা ঝাখনগী লৈকোন্দা!!
মতম্না থেঙলবদা—!
থাইনগী "উ-লাওবী" চেন্নখিদ্রে।
থাজনা মোরাম্বী পোখিদ্রে।
অমা কাং! অনি চা!
মক্সম্ কোন্‌বী শান্নখিদ্রে!!
মুক্লা কাঙজে মপান্‌থোক্—

কাঙক্রম্ হনত্রে হনবদি !
মৈনা মফোন্' থোক্থিদ্রে !!
লম্বী য়াইদ চাইনরে !
হাঙলম্বা লম্হাং থৈচৎনা !
কুম্গী নোংমু খোংলকই।
চুরক্পা "কুমগী-নোং" মরক্তা
ইঙা-ইঙেন্ কৈদা চৎগ্রে।
লৈনা জগোই শাবগুম্ !!
হরাও মায়থোং লূক্ !
মালেম্ থক সিদ মীপায়'রে !!
নোংমা !
চিক্লবা ঐগী থাথনগী থাথন্দ—
পুক্নিংগী চোয়রবা সংসারগী মচিদ—
কায়রবা "হি" গী হিক্-দা !
ঙম্তনা লৈথিবা ! য়েংলুবদা উরক্থি !
কোবোনা লোইবী তম্থিবা !
থাজনা ইকায় ফিরুক্ খুমথিবা !
করম্ থোক্লগবা ? করি ওইরগবা !
মালংনা অমুক্ হম্থিদ্রে !
ঐসু অস্মুম হল্লগদ্রা ??

## তরাত্তরুক

তাম্ন’ অহীংগী অচীকৃপদ !
নদোম্ করি থল্লীবগে ?

নাম্মিবা মুংশিংকী খোঙথাং তুংইমা—
খঙলিরোই কনানা ! উরিরোই করিম্নু !
পেনবা নৈত্রবা পুম্মিদ—
চিক্লা জগোই শাবরা ??
পীক্লবা লম্বীগুম্ শোঙলবা নারক্তা
শেংনব মাত্রব কাওশিংগী মরক্তা !
লোইবী নাপোম খুদীংদা !
পোম্জরিবী-চিনত্রব নৈরাংগুম্ !

মনা থজব মাডথিব !
কয়ম্ পাম্নই থম্না ??
উকব যাওব্রব ভাষবংদো !
থডউবা য়াওব্রব মংলান্দো !
পামেল্গী উশাদ, লোইবীগী নাপোমদ
শংবায়ব অভিন্না মকোয়বুং !
থাজনা মোমোন্ নোক্লব !
ঐগী থম্মোয়'স্থ নোক্হোই !
শংবায়ব মালেম' নিঙথীরি !
চেক্লানা শাথপ ভোয়ন্নিবা !
কয়ম্ কাওগনি নিংথীবি !

## তরাতরেৎ

—তাতুনা লৈরম্মী !

খুইথরবা লৈরাং অমা ! চোয়জাইননা !
কঙ্‌শিল্লব পাম্বীগী মখোঙদ ! লৈরাং'তুগী !
লৈ-না অমনা ; তারবা লৈমায়দা !
ঙংলম্বা খোইমু' চৈথেংদা—
নীংঙম্‌দব কপ্পা'দো হৌখীব পুম্পিদ !
নিঙশীংবগুম্‌ য়েংলি ! মালংগী ঈপোম্‌দ !
মালেম্‌থক্কী লৈতংগায় লৈরাংনা তাম্রিব !
মমোন্দ চীকথংলব, পাম্বী' উ-শাদা !
মথীরবা মতমগী কৈজোম্রবগী লৈনম-দা !

মাঙথিবদো "লৈহী" লৈজরম্ব লৈরাং'ত্নগী—
থন্নুবদা পাম্মুই ! য়েংলুবদা নুংশি !
কল্লব ঊথক সমাজগী ঈপোম্'সিদ !!
চোংথৎলকপা নাইস্রব ময়োন্—
তেকথৎলকপা য়াওস্রব লৈনাশিং—
তারিবা লৈমায়দ কাজায়ননা,
ওনশিন্দুনা তাশিল্লি থরো ! থরো !
লিরি হুম্বা মালং'ত্নগী চৈথেংনা
—অত্নবু— !
উবদি ফংস্রে লৈরাং'গী শকফমদো-ফজবী !
হল্লকথিগদ্র খোইম্নু তমথিরব খোঙ্গেন্দ ?
লাইজ ৱাংলব মতম'সিগী নোংলক্সিদ ??
লাক্কুনম্নু কয়া অমা মুংশিংকী মপৈ,
পায়রক্কুনম্নু শঙ্গু-শঙ্গু চেক্লাগী কাঙলুপ,
হাঙলবা অতিয়া শঙবান্নবা নোংথক্কা !
কংলব লৈরাংগী কেম্নব লৈ-না !
উব লৈত্রে । হায়গী মতৌঙুম্ !
চময়রব মীৎচিগী নাপোম্দ !!
—তাদুনা লৈরম্মী !
খুইথরবা লৈরাং অমা ! চোয়জায়ননা !
—কৈদ চ ...?
মোক্লপ নোংজাবী ? মংলম্বা নো·জক্কা !

লোয়ব নাইত্রব ৱাখলগী ঈচেন্দ—
তাওথখিনি অম্মুম্ লোয়'নাইত্রব কাওশীংঙম্ !
নিঙশীংলুব কয়া ৱাখলগী ঈপোম্' !
নিঙথীজবব প্রকৃতিগী মায়থোঙ্দ !!
হিংচাবীনিস্মু হায়সন্নু, লাইরেম্বীস্মু কৌসমু—
মহৌশাগী ওইব নিঙথীজরব খুৎশেম্নি !
শারবা ইভাগী মুংখিল্—
লোইখি সন্ধ্যানা লাকপদ।
কোরৌনা চৎখ্রবদা অহীংলক্ক !!

খোঙলকখিব নোং। শাখিব মুংশিৎ !
লাকখি থঙহৌদনা মায়কৈ পূবদগী !
মম্‌শিল্লকখি অম্মুম্ ঐগী ৱাখলমু !
চময়রব খোঙথাং—ৱাখলগী চৈথেংদ !!
মওল্ মওল্ থনখিব আশা !
কপনীংব য়াওখিব অমুকস্মু শাওনিংখি !
অম্মুমা লেনখিব নোংজু'গী অহীংদো ?
নিঙশীংবগী চরৈদা য়েৎশিনখিব চেৎনা !
লেপ্প লৈত্তে চেম্মখি অম্মুম্ !
লেকলি লৈনা-স্মু মালংগী চৈথেঙ্গা !
ফুইনা হৌরবা নোংগী মরক্ক !
নোংথাংনা ভাল্লিব তনিক তনিক্ক !

চোংভা ভেনবাস্ন্ পায়রক্থি !
চীঙমাদ ভাল্নি, কোরৌনা—অম্নাদ !
তনিক্লব বাখল্ ! শংবান্নরব মালেমদ !!
—তাহ্লনা লৈরম্মী !
ভরাংগী পুন্সি লোয়গ্রবা—"লৈরাং" !
খুইথরবা লৈরাং ! বাবরবা লৈরাং !
ভসিগী পাক্লব থৌদাংগী ঈমায়দ !!
পাক্লব ঈপাক্ ! ঈমায় চোল্লবা সমুদ্র,
লাইজ ঈহৌরকথি তোবর্বান্ থম্না !!
থাংভ থক্তা লৈমন্ চন্ ।
তম্ থী মীওং মৈশালক্তা ।
লাইবক্ থীরবী কেয়ব লৈরাং-ও !
পুয়মক্ মাঙথিব ! অম্নুয়া লোয়থিবা !
থল্লবদ পাম্মুই ! য়েঙল্লুবদা ম্নুংশি !
অনৌবা কংলৈপাক্কী বাহ্নিদ—
ময়েক্ লানা শীংথাহৌরসনু !
পুন্সি বাশক্ ভাকপদ—বারবী !!
—তাহ্লনা লৈরম্মী—
খুইথরবা লৈরাং-অমা ! চোয়জায়ননা !!
কঙ্ শিল্লবা পাৰ্বী'হুগী মথোঙদা ! লৈরাংহুগী !

## তরানিপান

কন্না উমস্রগা বানা খাঙলিব,
খঙলিরোই উরিরোই—ভারিরোই !!
নত্তং লাংগী কপলিব'সে,
পলেম্ হুংশি মৈচাক্সে,
শক্লম্ ওইনা উৎলরে !!
হুংঙায় খন্না নোক্শিন্ন,
ইত্তং লাংগী কপ লিব—
নচাশিংনা লোন্না মেংজব—
খঙদে করম্ হায়সিবা ??
পলেমবু কৈদ মাঙখিনি ?

ঋাথন্ 'সিনা নহাকৃথক ;
পুন্জি অসি মাঙসমু ;
মতম্ অসি হৌখিসমু ;
মুংঙায় থন্না চৎখিসি !
খুৎকা খুৎকা খুৎশন্নরি—
মীৎকা মীৎকা মীৎচানরিদো !
পলেম' করি বাৎপগে ?
নচা 'খোয়গী ইথোদাং !
অসি থন্না লাঙ্গংজগে !
পলেম নঙবু কৌজগে !

## চরাঙরুক

তাম্ল' অহীংগী অচীক্পদ !
নদোম্ করি থল্লীবগে ?

নাম্মিবা হুংশিংকী খোঙথাং তুংইম্না—
খঙলিম্লোই কনানা ! উম্নিবোই করিস্থু !
পেনবা নৈত্রবা পুন্সিদ—
চিক্কা জগোই শাবম্না ??
পীক্লবা লম্বীগুম্ শোঙলবা নারক্কা
শেংনব্ য়াত্রব কাওশিংগী মরক্কা !
লোইবী নাপোম খুদীংদা !
পোম্জম্নিবী-চিন্‌দ্রব নৈরাংগুম্ !

কনা থজব মাঙখিব !
কয়ব্ পাম্বই থম্বুবা ??
উকন মাওরব ভায়বংদো !
থঙউবা মাওরব মংলান্দো ।
পামেল্গী উশাদ, লোইবীগী নাপোমদ
শংবায়ব অভিয়া মকোয়বুং !
থাজনা মোমোন্ নোকলব !
ঐগী থম্মোয়'স্থ নোকহৌই !
শংবায়ব মালেম' নিঙথৌরি !
চেক্লানা শাথপ তোয়রিবা !
কয়ম্ কাওগনি নিঙথৌবি !

## তরাতরেৎ

—তাত্নুা লৈরম্মী !

খুইথরবা লৈয়াং অমা ! চোয়জাইননা !
কঙ্‌শিল্লব পাম্বীগী মথোঙদ ! লৈয়াং'তুগী !
লৈ-না অমনা ; তারবা লৈমায়দা !
ঙংলবা খোইম্‌' চৈথেংদা—
নীংঙম্‌দব কন্না'দো হৌবীব পুন্নিদ !
নিঙশীংবগুম্‌ য়েংলি ! মালংগী ঈপোম্‌দ !
মালেম্‌থক্কী লৈতংগায় লৈয়াংনা তারিব !
ঘয়োন্দ চীকুপৎলব, পাম্বী' উ-শাদা !
'মখীরবা মতমগী কৈয়োয়বগী লৈনম-দা !

মাঙখিবদো "লৈহী" লৈজরম্ব লৈরাং'তুগী—
খন্নুবদা পান্মুই! য়েংলুবদা হুংশি!
কন্নব ঊথক্ সমাজগী ঊপোম্'সিদ!!
চোংখৎলকপা নাইগ্রব ময়োন্—
তেকৃথৎলকপা য়াওগ্রব লৈনাশিং—
তারিবা লৈমায়দ কাজায়ননা,
ওনশিন্দুনা তাশিল্লি থয়ো! থয়ো!
লিরি হুব্বা মালং'তুগী চৈথেংনা
—অতুবু— !
ঊবদি ফংগ্রে লৈরাং'গী শকৃকমদো-ফজবী!
হন্নকৃখিগদ্র খোইমু তমখিরব খোঙ্গেন্দ?
লাইজ বাৎলব মতম'সিগী নোংলকৃসিদ??
লাক্কুনস্থ কয়া অমা হুংশিংকী মপৈ,
পায়রক্কুনস্থ শঙ্-শঙ্ চেক্লাগী কাঙলুপ,
হাঙলবা অতিয়া শঙবান্নবা নোংথক্কা!
কংলব লৈরাংগী কেম্নব লৈ-না!
ঊব লৈত্রে। হায়গী মতৌঙম্!
চময়রব মীৎচিগী নাপোম্দ!!
—তাদুনা লৈরম্মী!
খুইথরবা লৈরাং অমা! চোয়জায়ননা!
—কৈদ চ ে.. ?
খোক্লব নোংজাবী? মংলবা নোংজক্কা!

লোয়ব নাইত্রব বাখলগী ঈচেন্ব—
তাওথখিনি অস্নুম্ লোয়'নাইত্রব কাঙ্গশীংগুম্ !
নিঙশীংলুব কয়া বাখলগী ঈপোম্' !
নিঙথৌজরব প্রকৃতিগী মায়থোঙ্ !!
হিংচাবীনিস্নু হায়সন্ত, লাইয়েন্বীগ্নু কৌরন্নু—
মহৌশাগী ওইব নিঙথৌজরব শুংশেন্নি !
শাবৰা ইভাগী মুংথিল্—
লোইখি সন্ধ্যানা লাকপদ !
কোবৌনা চৎপ্রবদা অহীংলক্ত !!

খোঙলকখিব নোং ! শাথিরব মুংশিং !
লাকখি থঙহৌদনা মায়কৈ পূম্বদগী !
মম্শিল্লকখি অস্নুম্ ঐগী বাখলম্নু !
চমন্নবব খোঙথাং—বাখলগী চৈথেংদ !!
মওল্ মওল্ থনখিব আশা !
কপনীংব ম্নাওখিব অমুকস্নু শাওনিংখি !
অস্নুম্না লেনখিব নোংজু'গী অহীংদো ?
নিঙশীংবগী চরৈদা য়েংশিনখিব চেৎনা !
লেপ্প নৈতে চেন্থখি অস্নুম্ !
লেকলি নৈনা-স্নু মালংগী চৈথেঙদ !
ফুইনা হৌম্নবা নোংগী মরক্ত !
নোংখাংনা ভাল্লিব তনিক্ তনিক্ !

চোংঙা তেনবাম্নু পায়রকখি !
চীঙয়াদ ঙাল্লি, কোয়ৌনা—অম্‌য়াদ !
তনিল্লব বাখল্ ! শংবান্নরব মালেমদ !!
—ভাতুনা লৈরম্মী !
ঙরাংগী পুল্লি লোয়গ্রবা—"লৈয়াং" !
থ্‌ইথরবা লৈয়াং ! বারবা লৈয়াং !
ঙসিগী পাল্লব থোদাংগী ঈয়ায়দ !!
পাল্লব ঈপাক্ ! ঈযায় চোল্লবা সমুদ্র,
লাইজ ঈহৌরকখি তোবর্বান্ থ্‌ম্না !!
থাংঙ্ থক্তা লৈমন্ চন্ ।
তম্‌থী মীওং মৈশালক্তা ।
লাইবক্ থীরবী কেল্লব লৈয়াং-ও !
পূল্লমক্ মাঙখিব ! অস্তুম্না লোয়খিবা !
থল্লবদ পাম্মুই ! য়েঙলুবদা নুংশি !
অনৌবা কংলৈপাক্কী বারিদ—
ময়েক্ লানা শীংথাম্হৌরসনু !
পুল্লি বাশক্ ভাক্‌পদ—বারবী !!
—ভাতুনা লৈরম্মী—
থুইথরবা লৈয়াং-অমা ! চোয়জায়ননা !!
কঙ্‌শিল্লবা পাম্বী'তুগী মথোঙদা ! লৈয়াংতুগী !

## তরানিপান

কপ্পা উরুরগা বানা খাঙলিব,
খঙলিরোই উরিরোই—তারিরোই !!
নত্তং লাংগী কপলিব'সে,
পলেম্ মুংশি মৈচাকৃসে,
শক্তম্ ওইনা উঁকুলরে !!
মুংডায় থম্না নোকশিন্,
ইত্তং লাংগী কপ লিব—
নচাশিংনা লোম্না ঙেংজব—
খঙদে করম্ হায়সিবা ??
পলেমবু কৈদ মাঙখিনি ?

বাথন্ 'সিনা নহাকৃথক ;
পুন্সি অসি মাঙসমু ;
মতম্ অসি হৌথিসমু ;
ছুংঙায় থন্না চৎথিসি !
খুৎকা খুৎকা খুৎশন্নরি—
মীৎকা মীৎকা মীৎচানরিদো !
পলেম' করি বাৎপগে ?
নচা 'খোয়গী ইথৌদাং !
অসি থন্না লাক্কংজগে !
পলেম নঙবু কৌজগে !

## তরামাপল

লম্বী' চীদায়দা—

মথং মথং ! মরী মরী শম্মিঞ্জি !

অমগী মথংদা অমা !

থুঙং অমগী মথংদা থুঙং অমা !

চৎথিনি অস্রুম্ লেপ্পা লৈতনা !!

মতম্ অমগী নম্‌হাৎ—

হৌজিক্তীনা ফুরা-দলান্ কয়া !

পান্বী অমা হৌরম্বী—

হৈরাং অনি পাক্লম্বী ।

মল্লব ফুরাম্ব লৈরি চীদায়দা !!
নম্খিরবা খরগী মনম্ন মৈবদা—
চৎথোকলুই থর থোংবান্গী ফিবান্দ !
অদুবু ওইরম্মী লম্বী' মম্নাম !
সহরগী মীয়াম্! নম্থীরব নালা !
চেম্বগ্রিব ভুরেলদ ! ইম্ফাল্ ভুরেল্ !
ফিজেৎ চাম্ম ! বাথন্ লিশিং !
মতমত্গী মায়খুম্ফি !
অদুবু কদায় ? লৈরম্খিদ্রা হৌজিকস্মু ?
ফিজেৎ ফিগায়দ লাইচুরে !
শম্লাং তুংবুন্ থোক্লক্লে !
'মাঙগী ঈথক্ অচৌবা !
চীংমায় অনি নিংথায়রে ।
ম্নেংবগী পেনব নাইররোই ।
উবগী কাম্নবা খঙলরোই !
মপু থংত্রব ময়ামগী মীৎম্বেং !
অমগী মথংদ অমা—
সহর অমগ, খুজং. কয়াগ—
শম্নহল্লি শাংলবা লম্বী কয়ানা— !
মমাংঙৈগী শম্জিরৈ—শাৎলি হৌজিক্সু
লৈনমতবু থেম্নরে শক্কম্সু ওন্নরে !

হৌরি হৌজিক্সু শুমাংগী মালিকা!
অতুবু চীনুবিবদি য়াওখিদরে, য়াওদরে!
শম্লাং' নাপ্ল কুপখিদরে!
চীংহি শম্বাল্ লাংখিদরে!
লৈরক্ অমা লৈরম্মী—
থোঙ্গান্ তরা ক্যাংলম্মী!
অসুম্না চেম্বরক্তি পুল্লিগী ঈচেল্সু!
মিংচৎকী চৈথেং পুল্লিগী থৌদাং!
লৈহৌরগনি অফ-ফত্ত চয়েংনা!!
লৈবুঙ অমগা লৈবুঙ্ অমা!
শম্নহল্লি হাঙলবা লম্বাং কয়ানা!
তোথায়না হৌরি পামেল্ কয়া!
উচেক্ য়াবা চেক্লা কয়ানা
তোঙলি তত্তনা পামেল্ খুদিংদ—
শারি জগোয় পামেল' উশানা!
মরু ফুরুব তুগদৌবা পামেল্!!
পান্থরবা বাখল্ মুংশিরবা মায়থোং!
পুম্নমক্ মাঙখি অসুম্না চৎখি!
শাংলবা লম্বীদুগী তুংইন্না।
মথং মথং!! অসুম্ অসুম্!!
কৌরি ঐবু মায়কৈ খণ্ডন

## পাম্বুইদকো পাম্বুবা

লম্বী লম্ফাংলব হাঙলব লম্বাংদ—
হোল্লি ঐস্নু তপ্ন তপ্ন—
পুন্সি' হিনাও মল্লব রাথন্ !
মকম্ থঙদ—কন্নি' থঙদম !!
হিথাংকম্ন কৈদনো ?
কৈদনো ঐনা চৎলিব ?
সহন্ন কম্না অমদ ; থুঙংগী লৈরক !
হুংশিবস্থ্ কোঙ্গাম্বনি! পাম্বুবন মহেল্লি !
পুম্ব্রি মপান্গী চিনিচম্প্রা !
মালংব অমুক্ হল্লকখিদ্রে !
মুজা শমজি মাওখিদ্রে !!
পাথং খুংশা পানখিদ্রে !!
হিক্ন-হিনাও অমত্ত ওই—
চৈঙাক্ নৌ-ঙং তৈনরে !
পাত্তা লাইজ চোন্-নাইদ !
লাইজ ঊচেল্ ! পুন্সি' খোঙচৎ !
হোংলথিনি ! অমত্ত মান্নদ !!
হিথাংকম্ মাওদ ! পুন্সিগী হিদেন্ 'সিদ !
শাংলব লম্বী 'তুগী তুংইন্ন—
তেল্লব পুন্সিগী খোঙথাংদ—
চৎখিগনি অম্মুম্ লেপ্পা লৈতনা !!

পাম্বুইদকো পাম্বুবা

অমগী মথংদা অমা !
মথং ! মথং ! অসুম্ ! অসুম্ !
অসুম্ ! অসুম ! মথং ! মথং !
অসুম্না মাঙথিব ! মথুংগুম্না ওইরকপা !

## কুন্

করিবো — — — ??

— — — পুন্সি হায়বতুনি !

পুন্সি ! মহাক্‌পো ! — — মাস্থ !

অতুনিদন মতুদি !! মতুম্ !

চুমদবরা ??

অওইবনি—অরাম্বা !! অচুম্বা !!

করিবো -- — — ??

আ-না-দা !! নংস্থ ঐস্থ !

মাঙথিব ! লোয়খিব ! হৌরকপ !

মথং — — মথং ! করিবো ??

লাংকামরে ! অমুক্ পোমলে !
— — — লম্মথাংদ তাহৌরে !!
মহুনিদন ! অহুদি অহু !
অদো ! অদো ! অহুসু !!
করিনি-না ? কদায়দ ? কৈদৌঙৈ ?
অহুনি ! আ-দা ! হৌজিকপো !!

## কুন্‌মাথোই

লোইদাম্‌ ফম্না’ হৌথরে
কুম্‌জা থর’ লোইখ্রে !
মালংগী ঈপোম্‌’ ঈরোইম্ন !
পাইজরম্বী চেক্লা’ শকলোন্‌ !
লোইদাম্‌ কুইরে— মেম্লিংথিদ্রে !
হম্না অমুক উঁথিদ্রে—
অক্লাদা চেক্লা থোঙথিদ্রে !!
ঈশাইকোন্দা মৈহৌরে-দো !!
খাম্বী মৈমুৎনরম্দি ! লাক্লো !!
লোয়নমক মাঙখি—অমুক !

তুম্থি পুন্নমক্! খুদিংমক্!
নোক্কে! নোক্ক তুম্!
তুম্লে! পুম্তুম্ তুম্লে!!
কম্লে! কম্তুম্ তুম্!
চৎলে! চৎতুম্ তুম!
— — তুম্লি! হৌগৎত্রি!
মিকপ য়াওদ্র' তায়বংশুম!
কদায়' লোৎপ্রে লোয়নমক্!
মকম্ তরেং! মায়চৌ তরেং!
লোইদাম্ কুইরে উখিদব!
পোন্দ পোম্বী' য়োক্থিদরে!!
ঈপাম্ থাম্বী' ৱাইরথিনি!
নৈরক্ খুদিংদ পোক্লাওরক্কে।
নাওৱা খুম্বোক্ ওইররে!
মতম 'সিনা তৈনওল্!
থাইনগী ৱাখল্। মতম 'দুগী চৎনরোল্!
চাওখৎ লম্জেল্—চাইনবুং!
মুৎলি! মুৎলি! মমি য়াওদ্র'শুম্
করম নীংশিংদ্রিব ?? শাযেৎন !!
শাগোম্নরম্বা লৈমাং' লৈনম্ !
করম কাওথি! মাওথিনি করম ??
থেংনরুবা হিদেন্ খুদিংদ!

নীংথায়রবস্তু ! ঈচাওনগ্রবস্তু !
উরুব মাওত্রব-স্তু খুদিংন—
লৈরম্‌গনি—থরদ ওইরবস্তু,
মাঙব মাত্রব থাখন'গী পোমিং !
পায়রক্কনি কৈদগী ? মাঙখিব !!
মৈবু ফিনা কুপথিগত্র ??

## কুননিথোই

করম — — ?

কনাদ কনাগী মতেং ?

করিন করিবু মাওংহন্লিব ?

করিন—করিবু ওইরিব ?

ক-রি ! ··· ক ··· ··· রিবো ?

করম্বগী করম্ব'দ্রু— ?

## কুনডুমদোই

পুম্নিন হৌখি অসুম্ব! চেন্থখি—
চেল্লি লম্জেন্! — — লম্জেন্!
থবক কম্মা'গী মঙলান্দ—
হুংঙাইরব্ব বাখন্ — — সুংশিগ্রব!
বারব থৌদোক্ কম্মা'ম!
যাম্মা শাংন! তুম্নিঙদন —!
কপ্পরব! নিংথিগ্রব মায়থোং!!
অমুক নেম্! অমুক বাং!
অত্রক কল্লি। অম্মুক থোংলি!
মম্‌শিল্লক্লি! তম্বরকই!

লেপ্পনাইত্রব নোংজু! মতুগী অক্সি!
থা'নাইত্রব মথৌ! কন্‌ত্রব!
থম্মোয়ন তপ্প শোম্বরক্‌ই—
— — — হৌগৎলক্‌ই ঈংন!
অত্তুবু! থেংনব'তু—লম্বী'তুদ!
ভাংশিল্লব মায়থোং! নক্‌শিন্ন!
হৌথিবন; কৈদৌম্নুংদ হল্লক্তে!!
— — চীরোন্‌গী চীরোন্‌!
চাক্‌থেক্লব চীন্‌চুপ! ঙক্‌নিংঙাই য়াওব্রব!!
নিংথম' অঙৌবা! লম্বী' নাকন্দ!
থৱানমিচাক্‌! আ-গী অৱাংবদ!
উফুন্‌গুল্লব উন্‌গী লবুক্‌!
মালংন হুম্‌লি! পায়রি লৈচিন্ন!
মথং মথং! লেপ্প নাইদে!
হৌথি অস্নুম্ন! চেন্থখিনি!
পাক্লব ঈশায়—সমুদ্রগুম্‌!
কল্লব মুংশিং—নোংলৈগুম!
ঈপোম্ন ঈথক্লি! লৈরায়ন খুদম্লি!!
পুম্লিন শেম্বনি—পুম্লিগী!!
মীওইবগী মিৎলুদ! তায়বংগী থম্মোয়দ!
পুক্লিংন লৈতাজরি! শাইদাংজরি!
হরাওন নোক্‌চরি—মুংঙাইর বাখন্ন!

### পাম্মুইদকো পাম্মুবা

মৈরিতন থল্লব মৈশালকসিদ ! পুম্নিগী !!
লৈওন্‌কোম্‌গী লৈখোম্‌ ! পেৎপ্রব !
কোহ্নিং কারব—শাথিন !
মতাং অমদ ! কুমওন্‌ অমগী !
খোঙকম্‌ অমদ—খোঙচৎতুগী !
চৎলিবনি পুম্নি ! লম্‌জেম্নি !
লম্‌খায়দ্রব লম্বী—চুম্‌দ্রিং !
য়ৌনব মকম’দু ! অরোইবগী !

# কুনমরি

লৈচন্ চাদ্রব—
লৈখোক্ য়াওদ্র লৈবাংগুম্,
হাঙৈরি লৈনানা মালংগী চৈথেংদ ৷;
সন্ধ্যাগী মম্লিবা মালেম্দ,
তন্দম শাবি নীংথিরব জগোয় !
মল্লব ৱাখন্গী চরাংনরব অহিংসিদ—
য়েক্লি ঐনা ইংদাম্ কমত্নন—
নিংথিজরব প্রকৃতিগী মায়খোংদো !!
লোয়ব নাইদ্রব ৱাখন্গী ঈচেন্দ—
তাওথরি অস্নুম্ লোয়' নাইদ্রবগুম্ !!

নিংশিংহল্লিব বাথন্গী ঈপোম্দ—
নিংঙমদব ঈয়াগী ঈহৌ !
লেম্ন লৈত্রি, চেম্বরি অস্মুম্ !
হৌরক্খিনি—লাক্খিনি কুম্গী নোং !
কল্লব নোংলৈ 'মগী তুংইম্ন !
মায়থোং লিশিং লিশিং -
মথুং' চামা-চামা পান্ ;
তৌঙম্বী হিংচাবী কয়া 'মম্মু ;
ঙরং ! ঙরং ! ঙংত্তুন পায়রক্লবম্মু—
তায়বং য়াওদ্র' হাঙলব মালেম্গুম্ !
কায়দোংকম্ থংদ' চংখিনি,
পম্মুংকম য়াওদ্রব বাথন্গী থোঙচংসিদ !!
চংখি অস্মুম ! অস্মুম্ !
তত্তন লাক্খিব ঐত্তন থল্লুব !
মপুং ফাদ্রব—
হৌরককম্ থঙদ্রব ঈপোম্গুম্—
তথক্লি থম্মোয়ন বাথন্গী চৈথেংদ !!
পুক্নিংগী লৈকোন্ ময়ায়পুং—
অমম্-অঙান্ অনিন, ঙসিম্মু !
অরোং অকোঙ শায়বগুম তত্তন !
পাক্ল মালং ফোরোই তুংইম্ন—
অমুক্তী লীক্লা' ফুরবী লৈরাং কয়াগুম্ !

থেকোইনব বাখন'—ঈচেন্!
শূরুব ঈবোনুঙ্গংগী পুক্রিং!
চেম্বথি অম্মুম্! মাঙখিনি কৈদৌঙৈ!
মুংঙাইবগী মরূ য়াওব্রব—!
কপ্‌লুবগীস্মু কান্নব লৈত্রব—!
ঈচেন্দ য়াওনজবী কাওশিংগুম্!
হোদ্রোং হোরিবা — — – করম্না ??
অম্মুকী মতীক্ বাগ্রে –
হল্লকপ কৌব য়াওব্রব ঈচেন্!
কৈদ চংথ্রিব! কদায়দ লোইথ্রিব?
ইমা নথোয় চাম্মন—
নচা ঐখোয় লিশিং কয়ানি!
নচা ঐখোয় লৈহৌরি!
মালং মাম্মু হুন্নখিসন্নু—
লৈবাং কয়াস্মু শাংলখিনিদো!
শাংলখিনি লৈবাং—! লৈরাং!
মাঙখিনি খুদিংমক্! লোয়নমক্!
মপুং ফাদ'! ময়োন্ চোংদ!

## কুনমণ্ডা

পোক্লকৃপদ ।

নাকৃথি মুংশিরব শূর অমগী ঊশৈ ।

শিরবদ !

ছম্রকৃথি মপৈ কম্মা-নিংঙ্রেৃবগী !

হিংলিঙৈদ !

শামরম্মী মুংড়াইবগী মশায় কম্মা ।

## কুনতরুক্‌

মালং শউম্সু লেপ্‌ত্রে।
মিংলু' কোয়ি চেল্লব—
কোয়ৌ মাসু লুক্ক!
ম্নেংঙমদ্রব থোৌদোক্‌ কয়ান্‌!
পুমথন্‌ থল্লরে। পীক থল্লে!
মালেম পুম্ব'সি মীপায়নরে!
থোক্‌হৈদব ঙাক্ক থোক্লরে!
মচীন্‌-মনাও শকুথঙনব—
মপা মচা চায়নরে!
অবাবগী মৈথু মপৈ কয়ান!

নোংদোন্ থকসে কুপ্পরে !
মীয়াওথোয় নাকোং শীংজা মৈররে !
বারিনীদকো ইমা-ও ! পুক্ফবী !
কপ্পগম্বুব কৈদোবগে ? ইমা-ও !
ইমাগী "ঈ"-তন ! থক্লে মালেম্সে !
থঙদবনি নচাশিংন ! উদবনিনে নশূশিংন !
ঙসি কগত্র মখল্লি !
হয়েংন থর মহেন্জিল্লকই !!
চোক্থরব ইমাগী মায়থোং !
খুইথরবা পলেমগী হকচাং !
চোংখৎলকপ লৈত্রব বাথন্‌গী ময়োন্ !
য়েংঙমদরে !
য়াক্লব কোরৌ' মৈশালক্সিদ !
কুম্‌গী নোংম্নু থৈচৎনগ্রে,
অয়ুক্কী নোংথাং ওইবরে !
তুকক্-তুকায়নরব লোমীশিং !
লোয়া য়োৎলৈ কাঙলুত্রি !
খুলং ঈশৈ শকলুদ্রেদো !!
লোবোয়বম্নু মশক থঙনদ্রে !
মাগী মাগী থলুবর !!
ফৌনানা অগোয় শাব কাল—
মালংন লিয়ী হুবদ,—

খুঙ্গা পুক্লিং হয়াওজথিব,—
মালেম পুম্ব শংবায়!
চেম্বয়কপ ঈচেল্ তুথোংশিংদ—
থিংঙমত্রব বাখলগী ঈপোম্‌ঙম্
ওইরথিগত্র হয়া অমুক্— ?
লৌয়াদ পায়বা চেক্কা নাপংবী—
লৌরিদ শাংপী পেক্কক্লে!
পোইম্ব লৌয়োক ভায়রম্‌থিগত্র ??
লায়রবী ইচে-ইনেমশিং,—
চবৈ ফিজি খ্বাংজেংন,—
ফুদিং লৌকম্ থপ্‌চরুবী!
হুমিদাং চারা তম্‌জগে থন্!
তহাজব থোংথাং হুজাগী,—
তময়াদ কোরি চেল্লবদ;—
চোকথরবা ইমাগী মায়থোং!
পুঙমত্রব নহাক্কী কোক্‌থোঙ্
কৈদবু থারগব? করম্ব মতমদ!
লোয়ব নাইত্রব অৱাবনি—!
কোক্কপ লৈত্রব চৈনানি!
করম্না মাংথিনি! নোংমদি ??
খুংকা খুংকা খুংশয়া,—
চীন্‌গ চীন্‌গ—বাতানা,—

অরৈ লৈত চামিন্নবা,—
হল্লকখোব অমুক্ত লাকখোব ! .
ঙাম্নরমখিগে—অঙ্গুম্বক্— !
ঙম চৎশ্রে ; লোয়্বন মাংশ্রে !
মাংশ্রে মাংশ্রে লোয়্বন মাংশ্রে ।
ইমা নংবু কৈদনো— ?
ৱারিনিদকো — ইমা-ও ! পুকক্ষবী !
হাদ ইমা ! ইমা-ও !
নচাশিং' লাক্লে — ইমা-ও !
ইমা' শম্নাং ফাজায়নরবা ;
মিৎলু' ঙৈরা খুজেংন,
মুংতক্লব মায়খোং থম্মোয়ম্নুংগী ; —
কায়ন মৈরি তমথীবী —
হনজিন্ হনজিন্ চাক্লরে ।
মলেম্ শিঘ থুংনব —
চাক্লরে !! ঙসি নোংসিদ ! তত্তন !!
ছক্লক্লে — য়েক্লবগী শয়, নম্থিগ্রব !
মায়কৈ — শোম্নিম্নু হায়ঙমদে !
মলেম্ লৈদ থোদোয়ক্লে !

## কুন্‌তরেৎ

শংবায়রব শঙ্গাবুংগী মচিদ,—
তত্তন চিকেংনরিব কাওরেন্‌'শিং !
ময়ায় চবুক শঙ্গাবুংত্নগী,—
করম কান্দ খোক্লগদবা ??
কেংলিনে হৌজিন্ন্‌ লেগুন,—
খুমাং খুত্রং খোরো খোৎ !!
অমুকন্ন চোংখৎলি—বাংনা ;
খোংলি হৌন মো ! মো !
ভাবীব গাওত্রব ! কৌবদ খুমত্রব !

মমায় চবুক শঙ্গাবুং'দ্রগী—
করম কান্দ থোক্লগদবা ??
অমুব কাওরেন'চা তম্থীরব,—
ভত্তন চেন্‌শিন্দি—নারোনদগী !
কায়কপ খরদ ফুইরব,
কিত্নন মচেম্থোক্লকই পন্দন,— !!
শঙ্গাবুং মাইদ লৈরিবা,—
চিঙ্‌লোঙ্‌ থেংগেবু তেম্‌শিংন,—
মায়কৈ মরি নিল্লকপ,— !
শেমাংন তোইনা মীপায়জে !
চেক্লা'চা কয়াম্থ তথকুচৈ !!
করিম্থ থংগ্রব চয়াংন—
কোপায় পায়, কোইয়েং-য়েং !
করম থোক্লগব মীপায়জ ,—
মচি খুংন পাওজেনজৈ !
শঙ্গাবুংগী পাক্ল শংবায়রবদ !!
মনবী-মমাও শঙ্গাবুংত্থগী—
অবাকমদ তারগর,—লাওজৈ থোংজৈ !
মকম্ থথ থোংলকপ নোঙ্ !
পুম্নাং লাংথিব পুম্নিন্ নিনথিব !
হাংলব শঙ্গাবুংত্থগী ময়ায়চবুক্কা !

মচি অমদ ! কাচিন্ অমদ !
অরোম মীয়েং ! অরোংপ শাজং !
মাংগ্রবদ মুংশিনব—মতম অমগী !
লৈরম্বদো শঙ্গাবুংদুগী চংনবী !
শনজেন্নহা য়াওগ্রব কাওরেন্-কয়া !
হন্জিন্ হন্জিন্ চীকেংলরি !
বায়নব কোঁবদি লৈত্রিব !
কনাগ ? কদায়দ—? করিগী ?
মাংগ্রবদ চায়রম থাইনগী !
শঙ্গাবুং কয়াগী ফজব ! শংবায়বব !
কল্লব নোংলৈ মুংশিং-অমদ ,—
ঙ্গায়থিব লৈশোবুংগী "লৈশৌ-মপী" !
অতিয়া শিম্ন পায়থিব !
কদোম্দগীনো—কৈদগীনো ? মাংথিব ??
মতম অমগী "পোক্-লাওবী"—
পাংথক্নিমে পাংথক ! হৌজিক্ !
মাংগ্রবদ শক্কম্—অওইবদি !
লোংগ্রবদ কয়া'মা চংনরগ !
ফেংজিনে হৌজিক্ লেপ্তুন !
থুমাং খোয়োং-খোং !

থুক্তুং খোংগাও-ন ! মচি অমদ !
চৎনবীদি য়াওত্রব শক্তাবুংথুগী !
শংবাম্নরব— ! মলংগী ঊপোম্‌দ.!!
হৌজিক্তা খোংলম্বা চেক্লা-'চা !
তুক্কক্-তুফায় নাথৈজ !
মপীজ কায়নগত্র—খোইরাংই !
চেপথ চেপথ খোংদোইলুই !
তপতক্ থপ্ন শাথপ্‌লি !
অমা মাংখি ! অনি চৎখি !
মথুরবা পূক্লিংগী অশাদ—
অসুম্মক্ মাংখি। খোংগোইন !
পাগল নৈরব শাফু কয়াদ — !
পায়রক্তবদি নত্তে—"লংজা হম্বুব"
কুম্‌জা কয়াম্ব লোৎখিনি !
কুমজা অমদ মখোক্লকই !
হয়া লিচিং কন্‌থৎহল্লি !
অদুবু—
তোইশিঘ বাৎলব খোংজেন্ !
করম্ন খোইগনি লম্‌জেন্দো— ?
মোব নৈত্রব পন্থুংফম্,—
ওইগত্র—খমদ বাজেলো !!

কোয়ুং কয়া নিংখায়প্রবন্থ—
দলান্ কয়া'মা—শাগৎলবন্থ—
শাফু থরদি মথেৎন,—
ছন্নব—মলংদি লেপত্রিদো !
উফুন্ চেন্নব মলংগুম্—
শউম্ ফংবদ কিথক্লে !
অচুম্ অরান্—থঙ্‌দব-শা !
উনা—উনা উ-দবশা !!
হয় অমুক্ত ময়েংখিসি— !
কংলৈপাক্ত নিংতম্ লৈজরিউে' !
লৈঙাক্ লোয়শং' লান্মীশিং,—
মৈতৈ শগোল্ অথোবা !
কৈদ চৎপ্রে ? কৈদ মাংপ্রে ?
বৃটিস্ লৈঙাক্ লোয়শং-খা !
কংলৈপাক্তা লোইলম্ ওইপ্রবদ,—
মৈতৈ শগোল্ মাংখিদে !
হপতা কাংজৈ, মেরা হৌচোংবা !
মৈতৈ কাংজৈ লেপ্‌খিদে !!
হাংল শঞাবুং থুদিংদ—
মৈতৈ শজেয়হা থিবিক্লি !
লিচিং অমত্ত ওই ;

রাখন্ অনি লোংদ ;—
মচি থ্‌ংনা—চেন্‌জব ;
মিৎযেং খুদিং নিংতমজ ,
কৈদ—চৎক্রে ? কৈদ মাংক্রে ?
পারব মায়খুম্—কি ! পাক্রব !
কবম্ন মায়থোং—লোৎকনি ?
থল্লুংদ নিংশিংলকৃই—অথৌবশা— ?
ঐতন হায়রনে অসিবু ?
য়েংউনে শঙ্গাবুংদ্রুগী মচিদ—
তত্তন চিফেংনরিব কাওরেন—' চাশিং !
ময়ায় চবুক শঙ্গাবুংদ্রুগী—
কৈদৌংড যৌগনি—? কৈদৌংডে ?
শংবাম্নরম্ব পাক্লব শঙ্গাবুং !
ঙসি কৌনা মনোংয়াই—
থঙহৌব নৈত্রব খুদকী চৈরাক্ !
চংবা য়াদ্রে কোয়ন পন্‌থিংলে !!
অসিবু নিংতন শাঙংলা— ?
লেংব য়াদ্রে—চৎপ য়াদ্রে !
মচি খুদিং তেম্‌শিংন—
মায়কি খুদিং পুম্‌থন্-থন্ !
কাওজেং হাবৌ থোঙ্গেম—

মাবকৈ শির নিরকলে !
শন্নৎকী থাবল্ নিংখিবী— !
কালেন্‌গী মুংশা অমিথিরবা !
পোশী—চেক্লা মীপায়নথিবা।
ভস্তন চিক্কেংনরিব কাওরেন–’চাশিং !
কাওরেন্ ওইবগী হৌনশারা— ?
মতম্ মাগী ঈথিল্লা ?
বাথন্ লৈঙাক্ বাৎপনরা— ?
’সিবু কৈদগী ওইবনো – ?
ঈংলম মুংশিং-কী চৈথেংদ—
থম্মোয় ’মুংসে ওয়্চাক্লরে !
মীপুম্ খুদিং কক্‌ঙাওনরে !
য়েংঙমল্লব মপুগী “চৈরাক্”—
তাঙমল্লব মথোয়’দুগী “থোল্লাও” !
করম থাঙ্‌গব ? কৈদৌঙৈ লোইরগব ?
ভস্তন চিক্কেংনরিব কাওরেন-’চাশিং—
‘ঈ’গী ঈথেঙ থোক্লনিদো !
যন্‌বী-যন্নাও শঙ্গাবুং’দুগী—
অবাকম্‌দ তারগল্ল,—লাওজৈ থোংজৈ !
অদুবু চংজব কৌবদি মরৈত্রি ?
চংজকম্ থংদ মতৌঙম্,—

মাইকৈ থংব মাংখিব !
মেরাগী—থাবল্ ভঙৌবী' !
বাক্চিংগী উলেন্ মায়ঙৌবী !
মতম অমগী নিংখিবী !
মপুং কানা উথিল্লে
শাওং তুন উৎখিল্লে !
মৈতৈ তমাং লম্য়োবী !
শঙলেন্ কাজাও মঙামক !
ওয়মক উখিল্লে,—লোয়ম্নক মাংখিল্লা ?
তাওব হইগ্ম থোংখিল্লে ,—
লৈকায় বাথোক্ হেন্‌গৎলে !
পাম্বুব কয়াম্ মাংগ্রনি !
ঐথোয় মশেল্ দুংশিনল্লে— !
মুম্লোয়ব মশেল্ থৎনরে !
অয়াকপন কোয় চাওয়রে !!
থম্বু—হায়রুব' কায়ল্লে—
কয়নবু কবিল্ল, নোকনবু কায়ল্ল ?
হিংব' কায়ব কয়িনো— ?
পুজি' তোংজব কৈদনো— ?
ওমচাক্লবব কয়ান চাক্লকে !
মৈরি থোক্ল লায়ক্লে !

থিংগাইরুরব থোই-'মহুম্,·—
চৈতো ইন্ন পায়থোক্লক্‌ ;—
হক্‌চাং পুম্বা কোইশিনখিব,—
ঐতন থেংনত্র, ময়াম্‌দি উদত্র, ?
অত্নগুম্ন পাংথক্লি,—পাংথক্‌ !
শম্মাবুংগী কজব,—লৈজরম্ব !
ঈ লব,—শংবান্নরব লম্কাং !
মচি থুদিং থোপ্‌চিন্ন !
থোংলম্‌ থুদিং ঈথংন !
লৈপুঙ্‌ কয়াবু' মনিংথাম্ন !
লৈচিন্‌ নোংকাই ইথাঙ্‌-থাঙ্‌ !
লিন্নি মলংস্থ হুম্রক,!
নোংগী নোংহৌন বাংখ্রবদ—
কোন্নৌ মৈশাদি মহেন্‌গৎ !
লৈশৌপুংগী লৈশৌ— 'পীশিং
অতিম্না শিন্ন পাম্নভম্‌দ ;
লৈক্রক লাইজ ঈথৌ-লাং ;
লেম্ন মাংথিববু পাম্মুব্রব ??
শজেন্নহা ম্নাঙব্রবগী হোনশা ;
মচি থুদিং মচাম্নথোক্‌ !
চিকেং লৈপুঙ্‌ বাংথিবন ;

অনি তন তিনজেং,—
খুমাং খুলুং খোরো খোং—
কাওরেন্ ময়ৈ কীরান্-মা— !
মীমাং খোক্লা চেন্খিত্রে!
মচিব-লৌরি লৌপ্রথ,—
লোম খুপ্র খৌদেম্ !
থাংভমযব কমাগী চৈনাখোন্,—
চেক্লা'চা কমানা থাংজব !
চংনবী মাওশিমক্রব শঙ্গাবুং !
শংবাম্রয ! মলংগী ঈপোমহ ,
নিংলুদ উক্লুন্ মাইকংনয়ে !
ঈংলব ঙুংশিংকী শহম্ !
হকচাং শিম্না ওমচাক্রয়ে !
কাওরেন্ কৈদ চংক্রে ?
খৌরি কোজোম থাংলো-লাও !
খুমাং—খুলুং খোরো খোং ;
অমুক্ চোংখংলিব বাংন ;
খোংলি হোন মো ! মো !
খোংগে হাম'থৈ খোংজগয় !
মতাং চানা হোইজিন্সি !
কৈম অমুক্ চংখিনি ?
মমুন্ মজোন্ লৈখিন ॥

যন-লোক্ মতম্ কাযগ্রব ??
চৎনবী য়াওব্রব শঙ্গাবুংনি ;
থকৃসি-থাসি যাৎলব ;
কাওরেন্'চান্দিংগী শাজেন-নহাথোয় !
'সি-কাঙ্ ! 'সি-চা।
মরূম্ কোন্‌বী শায়রিঙৈ ;
লৈবাক্ শিন্‌ব খুংখিনি ;
লোপ্ প্রজা শাওনরকনি ;
চেক্‌শিঘ থজিক্ যাংখিবন !!
পান্থূব কয়ান লমচৎনি ;
হুংশিব কয়ান থবায়নি ;
চেক্‌শিন্ থৌরি থ্‌হৌ'সি !!
থবায়ত্রবু থবায়ন মীহৌবনি ;
'সিতন শেঙ্গঘ তাযবংপান্ ;
অহুতন ওইরঘ চৎনরোন্ ;
কৈদ চৎগ্রে ? কৈদ মাংগ্রে !!
লোৎগ্রবদ কয়া'মা,—অওইবদি !!
করম্ পান্থূদে হায়সিগে ?
হায়সিগে করম্ হুংশিদে ?
নিংথিজরঘ মহৌশা' লাইরেম্বী ;
ফজরঘ থাইনগী লোন্‌চৎ ;
মক্‌শিন্নক্কে মায়থোঙদো হৌজিক্ক !

সুমিৎ থাদা হায়জরম্ব—মহৌশা !
অচুম্-অয়ান্ থায়বীরম্ব,
থাজম্নু মায়হিং কায়ক্লে !
কোয়ৌম্নু মৈশা হেল্লক্লে !
মালেম্ সি ঈংদরে,—ওম্‌চাক্লবে !!
'সিবু ঐতন হায়ত্র ?
মালং মাম্নু থঙলিনি !!
থাঙবদ ব্বারব চৈনা অসে !
থম্মোয়মুংদ চাক্কুন ইদোম্ মৈশা !
কনা থঙদ ওম্‌চাক্লরম্ব !
করি' উদ কনানম্নু !
শংবায়রম্ব মালেমম্নু ওল্লক্লে !!
পুন্নমক্ ওন্‌থ্রে ! লোয়নমক্ মাঙথ্রে !!
তুম্‌থ্রসনু ; মাংথ্রসনু , চৎথ্রসনু ,
অচুম্বগীম্ন মরাল্ ! ওইদবগী দণ্ডি !
মাংশিল্লক্লবদ ঈনাৎ, চৎনবী' ব্বাংমদ !
কপলিব'সে ক লৈপুঙ য়ায়'সিদ !
তাবিব য়াওদে ইমাগী তেংথাখোল্ !
উবিব লৈত্রে পম্মৌ' মায়থোং !
থল্লব থুদিং পিরাংনরক্ !
য়েংলুব থুদিং চরাংন !
ইদোম্ মৈশা'সে থাংলিঙে !

কদোম্দ থোক্লগব ? কৈদৌঙৈ ?
'সিবু ঐতন হায়ব্রা ?
ঘন্বী ঘন্নাও শঙ্গাবুংতুগী
পুন্নাং লাংখিব ! পুম্নিন্ নিন্থিব !
পাইশিল্লক্লিব চেক্লা কয়া অরাপ্পদগী,
অশেংব কাক্ নত্তে-কো ।
শেম্বাংতন ঘুমদাংব নত্তে চেক্লাদো !
মোংব মকোন্সু শারবে !
তান্বগী ইকায়ব থজ্রব—
চেক্লা অপিশক্ চিন্থিবী-শিং ;
ফোরাথক্পী কুন্বী কো ! শানোইবী !
ঙয়মক্ চাথোক্লরে ! মকুতমক্ ঙায়হোরে !
শুমাংদ ফোরা থয়ত্রে !!
মীথুংশি যাওব্রব মতমগী মীংয়েং—
কোবদ তাদ্রব হৌজিক্পী শাজং !
করম্ন য়েংগনি ? তাগনি কয়াম কুইনা ?
মাংশিল্লক্লবদ ঈনাং, চংনবী বাংবদ !!
কৈদ অমুক্ চংখিনি ?
ইমুম্ শঙ্গোন্ নৈরিঙৈ,
লিচিং অমত্ত ওই
বাথল্ অনি লোংদ—
মচি থংন চেক্ল-চোংজব

মীৎয়েং থুদিং নিংতময়—
কৈদ চৎগে ? কৈদ মাডগে ??
থম্বুবদ নিংলিংদবা ঙমদে—অথোবশিং !
তুংদ করি ওইরগব—!
মচিন্ মনাও থংনরম্বিনি !
শাগৈ মশেন্ চাইনরকনি !
ইপা মশক্ থডদব ওই !
পলেম্ য়াওদ নাওয়োকপগুম্ !
’থোয় মশেল্ শকথঙনদ !
লৈয়াং মাগী পুক্নি-গুম তনিক্রব !
শোয়দন মাংথিনি লোংমদ্রি !
মাংথিনিদো !!
হাংলব অতিয়াগী থবানমিচাক্শিং—
লোংগী মপৈন কুপথিবগুম্—
ঙান্জরম্ব ইজাতিগী "পুক্চেল্"—
মতমগী খোংলৈ তুংইম্ভ ঙসিদি !
মুৎথিব থঙহোদে মীতোপ্প লাক্পদ !
য়ানশিন্নরে—ঙম্নক্ ! পুম্তোং তোংনরে !
শঙ্গাবুং থুদিংদ পিক্ থম্বরে !
লিরি মালংম্থ হম্বকথিদ্রে !
মীগী মী ঙাক্ত ঙাম্বরে !
কাওরেনদি য়াওগ্রব—মতম্গী শক্তেম্হা !

লৈরক খুদিংদ মিৎচায়নরে !
ঘুম্‌থোং খুদিং নিঙরে খোঙ্গেন্তন !
থম্নবদ পাম্বুইদ মতম'ত্তুগী অচিক্‌পদো !
নিংশিং নিংশিং ভাইওয়রে
কাওদ কাওদ মাঙথিদোরে !!
লোৎলিত্রনে থাজ নঙবু ?
ঈংলব নহাকী মঙাল্‌দো !
কাইন চীঙগীদি মরুমদ !
নোংমাইজিং চীঙগীন চীঙদোন্দ ?
কোরৌ মাদি কৈদৌদে !
কল্লব পল্‌ চামস্থু লৈরমসনু—
করি চিংনিংঙাই লৈরিবা ?
কনান খঙবীদে, ৱাথন্‌ থম্ন নোংঙানথিব !
ত্থুংশিনবগী অর্থ য়াওদ্রবগুম্‌—
থোদোক্‌ কয়ান, মহ পান্দুন ;
থম্মোয়দ লোম চিক্‌থিব !
কয়াগী মতীক্‌ ৱাহল্লিব— !
থাজদ্রে—
মৈচাক্‌'সি কোজনি হায়ব হন্নমুক্‌ !
মতমজুগী ক্বিভম্‌ উৎথিব মতৌ ।
খিঙব ভমহৌদ্রব মতমগী খোঙচৎ !
অরেম্ব লৈতন চৎথিব—

অন্থুম হৌখি মতমদ পুন্সিন !!
করিগুম্ব লৈরম্ব থোক্লবদি—ওন্নবগী খুৎলায় !
শোম্বদন থঙগনি ! লেঙদন লৈগনি !
লকান্নুংগী থম্মোয়গী চৈনা-'সে !
পাবব মায়খুম-'ক্কি' । পাঙ্গ্রব !
করম থায়লোং লোৎকনি !
লোৎপগী মতীক ফোঙদোক্লক !
কুইর কুইর "ময়েক শেংলকই" !
নোনা ফোঙলরে "ম্বাখনগী চৈনা" !
খঙন খঙন খঙদবশা !
শঙ্গাবুঙগী চিকে নরিব কাওরেন'চাশিং !
খুমাং খুদুং খোরো-খোৎ !
কনান—খঙবীদ ! অন্থুম তৌন হৌখিব !
ম্নৌব লৈত্রব পন্থু্ংকম !
অন্থুম ওইদুন তোকখিগদ্রা ?
কৈদ চৎত্রে ? কৈদ মাঙত্রে ?
মতম্'দুগী—থাইন মমাংঙৈগী !
চৎনরম্ব শাজৎ ! খো'লম্ব কোকিল !
ঈপাল নাইদ্রব ঈথককুম !
হৌরকখিব মকম খঙদ, খুদক !
লোয়নমক চাম্থোকত্রে পুম্নমক পুথত্রে !
লোইবী চীঙগী "লশিংলৈ" ।

অম্-দ ফাওব শাংখিদ্রে!
শঙ্গাবুংসিগী মচি খুদিং।
নীংতম্ শাজৎ মাঙজ্রে লোয়নমক্!
পম্মুংতুগীদমক থাঙলিত্র অৱাব'সে?
মিৎলুদ পিরাং চেম্মরগ—
অৱাব'সি কোকত্র—? মাংথিগত্র?
অচুম্বন লাওৱি—তত্তন খোংলি!
লম্দম্ অমগী খোংনাং মতোন্দ!
খেৎনব কয়াগী খেৎনবশিংত্র?
খেৎনৱসম্লু অসুম্মক্, খেৎনবগী মতৌগুম্!
মিকুপ খুদিং, পুংজা খুদিংদ!!
কাওরেন'চাশি সু;
হাংলব শ.বাগ্নরম্ব শঙ্গাবু তুদ,
কদোম্ মায়ৈক পাঙনথিব!
য়েউনে, শঙ্গাবু তুগী মচি খুদিংদ!!
কবম্ খোঙ্গব? কৱি ওইরগব?
মতম্ন পুজরকপ, হৌজিকী চৈনা'সে!!

## কুলনিপাল

হো থাজ ! নোংদোল্ থাজ !
করিগী লোৎলি ঊংলব থাবল !
নঙগী নঙাম্মা 'থোমগী থৱায়নি !
কৈদ লোৎলি'গে "নশেক - নঙান্" ?
য়েংবদ নিংথিজরব মেরা' থাওমৈ !
নোংদোন্ পঙ্ক ডাজরে !
মল্লব পুন্সিগী লৌশিং মৈরাঙম্ !
পামরি ঙসি হাংল' অতিরাদ !
করিগী লোৎলিবগে থাজ-ও !
হিরাংগৈ' থানিন্নু লাক্লনি !

## কুন্নাপল্

মশম্ মনা ইকা-কা।
নীংব কাম্নবী ইমা-ও!
মফি মরোন্ ইমোৎ মোৎ!
থম্মোম শোক্ক কপ্পিবী'সে!
হয় অমুক্ত য়েংলম্থো!
নিংঙমদ্রব মপারিশিংগী মৈনা চুয়বা—
নিংব থূংদ্রবী ইমানি!
ইমা মহোশা লাইরেম্বী!
কাওঙমদ্রব হ্মংশিংগী মৈরিন চাক্লব!
মিংলু নাপোম অনিদ—

পিরাংত্তন চোৎনব—নিংঙমদবগী !
কয়াদ ৱান থাঙলিব ? মপারীশিংগীদমক্ !
মমোম কয়া'স্থ লৈরিদো !
তেংবাম্ব 'খোয় সমাজগী মরক্ত !
খেৎনরব মতম'মগী চন্থরাশিংগা !
ৱাঙাংদ, শাজত্তা, মিৎয়েংদ-শাওংদ !
চায়াম পোকৃপগী ৱারবী— !
থম্মোয় শোক্ক কপ্লরে !
হল্লকৃথিদ্রে থল্লুবদ ৱাজৈদো !
খেৎনরে পূম্নমক্ ! মাঙক্রেদো থু'শিনব !
চাক্তাজররৰী চেক্লা ! চৎনবীগী ঈপাক্তা !
পায়রকৃথিদ্রে—হয়া অমূক্-নিংতম্জ !
থাপ্ল চৎক্রে ! নমদম্ তায় !
ভাজরুবদ চেক্লা'তুগী খোঞ্জেন্—
থম্মোয় থূম্ন হরাওজথিব !
ভায়বং মোমোন্ নোকৃচথিব !
লোয়ন মা থ্রে !
হয় অমূক্ লাকৃথিদ্রে মতম্দো !
অমত্ত ঙায়রব তায়ব'গুম্ ঙসিদি !
ইদোম্ ঙায়রে ! কনা' য়াওদ্রে য়েংবিনবা !
পূম্নমক্ অসিবু উরুবদ !
মশম্ মনা ইকা-কা !

মখি মরোন্ চমোৎন !
মথম্মোয় শোক্ল কপ্লরে !
মেংবিনব কনা য়াওদন !
চিক্লব অহিংগী তাংলৌসিদ !!
মালং মাস্থু নাথৈরে—।
থাজ মাস্থু থোক্লকথিদ্রে !
মরোন্ থোক্তব পামেন্ কয়ান।
তুফক-তুফায় চপ-লেপ !
কোরৌন নাকপ ভায়জব !
মালেম অসিদ মীকপ থোক্লরে।
নোংজু কয়াস্থু হৌখ্রসনু—
নিংথম্ মাস্থু লাকসনু—
মেরা' থানিন্সু ওইসনু—
ইমা' নিংবদি থুংলরোই !
পুম্নমক ওম্নরব তায়বংলা ??
চাওদ্রিব মচাশিংস্থু লৈহৌরিদো !
শাংত্রিব মমোম্ কয়াস্থুনি !
থল্লুবদ ৱাজরবী ইমা-ও !
হল্লক্লরোই মতম'মগী চৎনরোল্
চাক্তরম্ব চেক্লাশিংস্থু পায়বক্লরোই !
লৈথিদ্রে সমাজগী চাউরব পুক্কৈ'সিদ।
পীবীনব থৌজানগী ঈরিক্ 'মতা!

হুক্কচবগী মশকনি হৌজিক্কী সমাজ!
তিন্নিংদে কনা'মতনা অমগা অমগা!
নৈরব লাইজগী ঈচেলগুম্—
চেম্ব্রিগ্রি অশুম্ম তায়বংগী লোনচৎ!
লোইদাম্ থাবুম্ য়ামক য়াম্লগ—
চহি কুমওন ওল্ল-ওল্লগা—
হেল্লকইনে হুংশিব- "মতমত্তুগী চৎনবী"!
চাওখৎ থোংলাং কয়াগী তুংইন্ন!
মাঙলমচৎপু মাঙথিব! তুঙলমচৎন নিংশিংই!
য়েংলুব মকম খুদিং! চৎলুব!
ইমা নঙতনা ব্রাজবা কয়া'সে!
পুশিবু মশক তাকপরা! থঙনব!
করিগী কপ্পিবগে! ইমা-ও!
অসিস্ন চৎনবী নত্তত্র?

**কুপ ।**

ৱাখল্‌গী লৈকোন্দ—
লৈরাং অমা নিংখিরবী !
মতমগী চৎনবী লৈকোন্দ—
পোম্‌জরব্বী লৈকা ফন্না !
শাৎলো লৈকা ফন্না
—নিঙতময়জন !!

পোক্‌চবগী মহৈ মাম্নব !
ফংনব মতমগী ফুংঙাইজব !
পোম্‌জখিব লৈরাং' লৈকাশিং !
মকা ফম্ন শাৎলরো !
শাৎলো লৈকা ফম্ন !
—নিংঙাইদন !!

তুমিন্ তুমিন্ কনা তাদ — !
লৈখোং শংব খোইমুনা !
তত্তন পাম্জরকৃখিব-তোম্নন ।
লৈরাংন পোম্লিডে-শ্যাজ্রিডে !
লৈশাং তন্নে-নি থিরে !
পাম্বরক্লো !!
ঐগী থম্মোয়গী লৈকোন্দ—
মতম' খোংলৈ তু'ইন্ন—
লৈমাং' লৈখোঙ্ শোম্ —
হৈরাং' পামেল্ থা—
অম্মুম্না ওইরি হৌজিকন্ম -
ঐম্ম — !!
শাংচরো লৈরা' শাংচরো !
লৈকা ফম্ন শাংহৌরো !
মতম' খোংলৈ তু ইন্ন—
মহৌশা মাগী ফম্বাক্ত—
চংনরোল কয়াগী লৈকা-শেম্ !
শাংচরো !!
লৈচিল্লক্কী দোলায়গুম্, নিংথৌ তুরেন্ !
থবানমিচাক্তন শেম্ব ! মংলান্দুগী !
তগুপ-তরেং ! কুক্কেং-কাক্কেং !
ভাল্লরি ওসিম্ম থম্মোয়সিদ !
লৈরাংগী লৈচু নিঙথিবী !
নিঙথিবী !!

কবিগী তেংথারি নিংব কায়ন—
মোমোন্ মীনোক্ মকা লাম্ন—
থাঙব কম্ন ! য়াম্ন থাঙব কম্ব—
মতম'ত্তু ঙায়খিসি-ঙায়খিসি—
ক'লক্কনি শেংলব শক্তমদো—
নৈরা গী !!
কবিগী চো'লক্লোই অনোব মনা ?
কবিগী মকশিন্‌গনি মায়থোংদো ?
লাক্‌পগুম্ তাম্বা কায়দন—
ওইবক্কনি নোংমদি শোযদন অশেংব !
ঈ'লব লাইজদো খিক্‌পিববদি নৈখোঙথিংন !
বসন্ত !!
থম্মোযনুংগী চৈনাখোন্ ! মতম'মগী !
মা খিসন্ন লোযনমক্ ! মতম সিদ !
নৈবাংন নৈবা ফন্ন শাংনকপ !
হৈরাংন মপু' ফানা পা - রুপ !
লাক্চখিনি মতম্‌দো নু ঙাইবগী
নুংঙাইব !!
পাম্মুন থাখিব নৈবাং চাব !
নু'শিন শেম্‌খিব থম্মোয়' নৈকোন্ !
নৈহি চেল্লে ! মপুঙ ফারে !
ফংলক্‌খিগনি নি তন্ব মহোশাগুম্ !
অক্তবু কদায ! ক নৈ-মচাশি' !
কৈদনো ?

পাম্মুইদকো পাম্মুবা

শাৎলম্লবদি লৈকা ফম্ম ফম্ম—
সমাজগী চৎনবী লৈকোন্‌-'সিদ—
পোমজবগী মহৈ য়ান্‌গনি শোয়দন—!
করে লৈয়াং-ও শকহেন্‌বী!
মতমগী য়াণী ওইরিবী!
লৈকা ফম্মা শাৎহোরোকো!
য়াখনগী লৈকোনসিদ !!

## কুহু মাখোল

নিংথিজে ; ফজে—

ফজন নিঙথায়রব, মল্লব দলান্!

মতম অমগী ফজবন ফজরম্ব!

মম্বরক্‌পগী ফজবন নিংথিরে!

মথং, মথং, ফজন নিংথায়রব!

ফক্লাংদ কারিব ঈশংজুগী ফজব!

য়েংবদ ফজে! মতম'মগী ফজরম্বা!

শাগৎলক্‌পগী নিংথিব! মম্বরক্‌পগী ফজব!

ফজবগী ফজব ঙাক্তনি! ফজব!

পাম্মুরম্বগী পাম্মুথিব! পাম্মুরক্‌ই!

পাম্মু পাম্মু পাম্মুরক্‌ই!

## অইবগী কলমদগী পুথোকপবা (ফাজা তৌববা)

১। অংগ্রবা লিক্লাং (শৈরেং)

২। চন্দ্রসখী (ড্রামা)

৩। লায়রবা কনানো (ড্রামা)

## ফাজা তৌরিবা —

১। কুমুজরেখী।

২। মংলানগী লাইদিবী।

৩। নুংহোংব্রিবী মৌ।

৪। লৈমন চনগ্রবী চেগী লৈরাং।

৫। করম্বগী বীচারনো ?

৬। অথোয় পুংথেক অমা !

৭। অঙাওবগীয় বখোয় পারি।

অসিনচিংবা।